# অতিয়াদা পাইবা





রাইং এমৌচা সিংহ (লাংপম)

# ATIYADA PAIBA

*(Flying in the sky)*

*SCIENCE FICTION IN MANIPURI*

*Publish by* — **Y. Mangoljaoba Langmei**

অহানবা ফোংবা :— সেপটেম্বর ১৯৮৬

কোপী মশীং :— ১০৭৮

নম্ফম :-- পি. পি, প্রেস, ককচিং।

লাই-যেকপা অমসুং ব্লোক শাবা :—

থেংবাতৱ :— মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগ (এস)

ফংফম :— অফোংবা মশামক অমসুং<br>লাইরিক য়োনবা দুকানশিংদা

মমল :— লুপা ১৫ ০০

---

★ ফংফম থোকপা পুম্নমক অইবগীনি।

# য়াহৈ খরদং

মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগ (এস) না পাংথোকপা লাইব্রিক ইবশিংগী লাইব্রিকশিং চাংয়েংনবা ইং শোক ১৯৮২-৮৩ গী মতমদা বিজ্ঞানগী শরুক্তা অহুমশুবা ফমফম ফীবিরবা "অভিয়াদা পাইবা" কৌবা লাইব্রিক অসি মরিক চুম্না নত্ত্রবস্থ খরদং পাবা যাগদা খন্দুনা পুখোকচরি। লাইব্রিক অসি চুম্নগী পৃথিবীদা লৈরিবা মীশিংনা শুন্দ্রংদা পাইনবা হোংনবকপা, ঙম্নকপা অমদি মীওইবদা হেন্না কান্নবা ফংনবুকপগী ইতিহাস খরতংদনি। পন্দবা য়াদবা থোদোক, মতম অমদি চাংয়েংগী লমদা মমল নাইদ্রবা য়াখল ফরবা অহুং-আশং করানা পুন্সি কংখিবা মীওইশিংদস্থ হেন্না হৌন-থংবা উংচরি। অদুবু লুববা বিজ্ঞান অসিদা পন-খিবা থোদোকশিংদা খবদং শোযখিবা য়াওববস্থ অপাবশিংদগী মতম অদু হরাওনা ভাযজরি। অদুগা লাইব্রিক অসিবু শক-খঙবীবগা লোযননা হেংবাঙ পীবিরকপা শিক্ষা বিভাগ, মকুপ-মপাং অমদি প্রেসকী মায়কৈদস্থ থৌবিমল উংচরি। হৌজিক্কী সাইন্টিফিক ওইরবা মতমসিদা এযার ক্র্যাফট অমদি সাইন্টিফিক ওইবা খুংগু খুংলাইশিংনা পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবশিংগী হেন্না কান্নবা অমাদ পুক্নিং শান্তি ওইনবা লম্বীদা হেংব ঙলকপা ওইরকসনু হায়না নিজরি।

তাং ১২ ৯-১৯৮৬। অইবা

অইবগী মথংগী খুদোল :

“মমশিললক্লবা অভিয়া”

*Directorate of Education (S) Govt of Manipur* না

১৯৮২-৮৩ দা শক-খঙবীরবা *Mind Devisee Novel* নি।

# অতিয়াদা পাইবা



ঙসিমক ঐখোয়গী পৃথিবীসিদা বিজ্ঞানগী লমদা অঙকপা অকিবা কয়া পোক্লরে হায়বা য়ারে। মিংকুপ খুদিংগী বিজ্ঞানগী হৈ শিংবনা পুখোয়কপা সাইন্টিফিক ওইবা খুংলাইশিংনা অৱাবা কয়া মীপুমশিংনা ফাওনবত্রি। সংসারগী মফম অয়াম্বদা নিউক্লিয়ার খুংলাইশিং এটোম বোম হায়ড্রোজেন বোম, অমদি নিউট্রোন বোমনচিংবা কয়া খংনহৈনবনচিংবা লান্দা শিজিন্নরগুমসি হায়বা খোল্লাওনা নিল্লে হায়বদা লাল্লে। তশেংনা শক্তি লৈরবা বোম, নিউক্লিয়র রিএক্সনগী স্বপ্রভগী পীশক পীকপ্রবা অমনা পাকপ্রবা লমদম অমদি লায়রদনা ঐখোয়গী পৃথিবী ফাওবা চেংথাইদুনা মচেং মচেং কিন্থদুনা উং ওন্নগদবা খুংলাই কয়া যাম্না শান্নরবগে হায়না থিক্লরবদি মতু মংগী থৌদোক্ম মশিং থিঙমলোই। অদুবু ঙসিগী কিনিঙাই ওইরবা রাংলেনশি ফাও বদা বিজ্ঞানগী লমজেল তান্নবা থক লেপ্পা লৈতে। তারন্নি মাংজিল থাবা, হোংনব্রি শক্তি পায়নবা কনাগুম্বনা। লৈমায়থক্তা চেনবা অয়াংবা গাড়ী কয়া তেক্কনচিংবা কয়ামক্লম অককুবা মশিং থংঙমদরে। ঈশিংগী জহাজ কয়া সবমেরিননচিংবা কয়ামা

রোকেটকী মচিনগুম মথায় ওন্দুনা মরম কবিগুম্বা অমদা লা-ন্দানবা লেম-লাম্বা কয়াম্ব য়াওদবা নত্তে। অদুগা অমনা থ্বাই পুম্নমক্কী লম্বা তেনশিন্না থবক পাংবা ঙম্বা ঙক্তংগী অহানবদি অমরোমদা হায়রগা অভিয়াদা পাইবা মেচিন কয়া-মরুম হেন্না কবা, হেন্না য়াংবা কয়া পুখোক্লবকপম্ব লেপ্পা লৈতে। হৌজিকী মতমশিংদদি নোংথক্কী মেচিনশিংনা খোংজেলগী অয়াংবা পুংদা কিমি: ১১৯৫ চাওরাক্না অসিদগী লক্কক অনি হেন্না য়াংনা পাইবা ঙম্ররে। অদুবু অরাপ্পা চৎপদা থিজিন খোমজিনবদা খুমাং চাওশিনবা অসিগুম্নদনা য়াইকনবা নত্রগা মাংন ভাক্লবা পোৎ-চৈ কয়া য়ায়া লাবম্বা ভাবগে? কনাগুম্বনা শক্তি পুম্বনা ভাশিন্দুনা শেম্বা থৎত-থৎলাইশিং উক্ল ভাক্লবদা কবি থম্লম-গদগে মপুক্লিংহ্ন? বিজ্ঞানগী মাইকৈশিংদা অত্তুক য়ায়া উয়াও-থরাওবিব। মিংকুপশিংদা কনাগুম্বনা পুক্লিং শান্তি কবম্না ফংন-গদগে? হৈখোই-শিংখোইরবা কনাগুম্বগী মাগী ভুংদা লাক্ল-গদবা পৃথিবীগী শককমবু বাথলনা চেদা ইখোকতুনা মীপুম ভিংনা থংহলক্লবম্ব নত্তে।

"নোংমত্তা য়েংথিগেবা নংগী শক্তি
ঙক্লা ঙক্লা চৎপ্রবম্ব ভোল্লবনা
মপোক মপোক খুদিংদা ঙক্লনবা·"

কবি কয়ানা অস্তুম্না নিংঙমদনা অকিবগী নিংশা থ্বর থুহোনগ লোম্বননা ফোংদোনবক্লি বারোল কয়া। শিরমদাইগী মিংকুপ-তুদা থবাইবু লানবীগদৌরিবা পোশকতুনা মমাংমক্তদা লেপ্লববদা

কয়াদা খম্মোই ভনিবহল্লিবা। অদুগা খম্মোইগী শান্তি কায়-রকুবদা লাওনরক্লি যিকপ কায়বগী রাহে কয়া—

"ঐখোয়গী ইপুনম্ব ভাকপিরমদরে
পোংলক কয়াবু লৈ হায়বদু
ইপুনা থারম্বা মহৈ-মরোং কয়াবু
চাজরগা শান্তি ওইনা হিংবনি
চেনখ্রে শান্তি খম্মোইনগী
নিক্লে খম্মোইশে ঘড়িগী সেকেণ্ড কটাগুম... ।"

অশেংবনি খংদবা, বিজ্ঞানদা রাখল মখি শাম্নবশিংনা তেং-থাবা নত্তনা উপায় করি লৈগদগে? হরাও ভয়াম্বা মীনোক্কী মহুত্তা নোংমদি থুংগুম অয়োইবা পুক্নি ওইবা ভাউ। মহুগীদমক মপা মপুবু নিম্মাকম থোক্রবম্ব মতম অসিদদি মপা-মপুনা লমজিং মৈরা পীবিদুনা রাখলগী মত্তাল হাপ্পীদুনা জিবা শান্তি কংনত্তাইনি।

অনৌবা সাইন্সকী মকোক মথং মনাও নাইনা চাওখংলিবা কয়ানা অমদি চাওখংলক্লিবা কয়ানা পাম্বোম তিংথোকতুনা কনাগুম্বা অতোম্বগী অকায়-অয়ান য়েংদুনা লাওরি শক্তিগী বায়োল কয়া। মনম খত্তিক্কং নমলুবদা হকচাং মদুংদগী হৌ-রদুনা মৈথু কারকতুনা মৈ হৌদুনা চাক্লকনি। মিকুপ্তা লৈবাক লাম্তাক-লানশিপনি। মরুভূমিগী মতৌগুম পুমতাক ভাক্লা অশাবা লৈচোইগী দুংশিং শিংকনি। মাইক্রোফোনগী মতৌগুম

রেডিও বোর্ড কাস্টিং কয়াদগী লেপ্পুনা মালেম ভানরক্লি শিনথুংঅ কিনিংঙাই ভাইশিন ৱাহৈশিং। পাউ-চে কয়াও কনাম্না লাম্বাগুম অকিবা লৈভনা চিং-লেংনা মখোয় পোংনবতা নত্তুনা মরম চাবা চাদবা থরাইনা পোম্থা ওইনবম্ু লেপ্লক্রে। অদুমকপু কনাগুম্বা অমনদি"করম্নো মাংবা ভারে" হায়বশিনা খোঁজেং চরম পায়ছুনা নিকপগুমলি।

পোক্লবদি শিবা নাইবগুম শাকুরবা শক্তি লৈরবা পোং-শিংনা নোংমা মানা শিল্লিবদস্ত পৃথিবীগী লেংলি পাল্লিবা পুম্বা কোয়খিবা হায়বসি অশেংবা ৱাফম্নি হায়বদা লানফম থোকে। ৱাকমসিং অসি মোর্ডন সাইন্সনা পৃথিবীসিদা কদায় য়োনা অকিবা পোকহল্লকপগে হায়বহুগী মরম থরনি। অদুমক ওই-ছুনস্ন মরু ওইনা জিবা পানবা অমদি অহিংবগী মাইকৈদা ইং-ঙপ্পা লৈজবা ঙমজনবগী পোংশক পুখোকপগী লমদম্ থোই-দোকপা কয়া লৈভবা নত্তে। অত্তুবু অভেক-অকায় অমাং-অভা কয়ামক লৈজরবম্ু গুন্দ্রংদা মীওইবা জাতিনা করম্না খোংদাবা ঙম্লকপগে? গুন্দ্রংগী অপাইবা হেম্না ফবা য়েচিনশিংনা কয়া চাওথংপা পুরকপা, অমাং-অভা থোকহল্লকপা হায়বগী লমদা পুক্লিং চংলুবদা নেনবা ভঙাই ফত্রে মত্তুদি মীওইবগী বিজ্ঞান লৌশিং করম্না গুন্দ্রংদা পাইবগী ৱাথল লাকখিবা, পাইবা করম্না ঙমখিবা, হেম্না ফবা ৱাথলনা অপাইবা য়েচিনশিংনা মীওইবগী চাওথংপগী থবক পাংলকপা অমদি হেম্না কাম্নরবা পোংশক ওইরকপা অসিনচিংবশিং অসিগী হিরমদা থরদং লৈনছুনা য়েংলশি।

পৃথিবীদগী থাপ্পা নৈগ্রবা শুক্রংগী গ্রহ কয়াদা কাপথংথিবা খুংশেৎমগী রোকেট, নত্রগা অহাংবা মকমদা থিজিন খোংচিনবা কয়াদা শিজিন্নখিবা অপাইবা মেচিন কয়াক্রুম মায়পাকখিদনা শুক্রংদা নৈরে হায়বা য়াই। পৃথিবীগী চীংশিনবগী পাঙ্গল লৈত্রবা অমস্তুং গ্রহশিংগীসু চিংশিনবগী শক্তি লৈভবা নুল পোইন্টশিংদা গ্রেভিটি মাংহনা শুক্রংদা অকোইবা রিংগুম্বা খুরক হাংদনা অতেক অকায় ওইগ্রবা মেচিনশিংনা অরেপ্পা লৈভনা উংহনা লৈ। কবিগুম্বা অককুবা মফম মতম নাইদনা পৃথিবীগী লৈমায়দা অভকপা পোংশকুম্বা শঙ্গাইশেল ভারকপা থেংনৈ। ভারক্রিবা পোংশকশিং অসি গ্রেভিটিগী শক্তিনা নুল পোইন্টশিংদগী থজিক্তুং নাম্থোক্লুবদা পৃথিবীদা শাথিরবা মৈবুল অমগুম্বা ভারক্লিবনি। অথং অহৈ সাইন্টিস কয়ানা ভারক্রিবা পোংশিংহুগী অককুবা মফম মতম ফাওবা ভাকপদি ঙমলে হায়ববু ভশেংনা পৃথিবীগী মফম অমদা মাং ভাক্তদব কয়াহুদি থায়বা ঙমদে। অত্থমকপু শুক্রংদা থাগৎপা পাইবা ঙম্বা মেচিনশিংদগী মীঙইবশিংনা কাম্বা কয়াস্ম মশিং নাইদনা লৈরি। অককুবা মতম থরগী মতুংদা ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসিবু কোয়বা ঙম্বরক্রুবা এয়ার ক্র্যাফটনচিংবা কয়াশিংগী মরমদা কমদোনা পৃথিবীদা খোংদারকপগে? কনাদা, করিদগী, করম্বা মতমদা থাথল অসি লাক্লুখিবগে? হৌজিক্কী চাওখংলবা মতম এয়ার ক্র্যাফটনচিংবগী ফিভমশি য়ৌনবা হোৎনবদা মতম কয়াম্বা চংখিবা মী কয়া য়াম্না থরাই থাখিবা?





চন্দ্রংদা পৃথিবীগী অমস্থং অতৈ গ্রহশিংগী চিংশিনবগী শক্তি লৈত্তবা মফমদা খুংশেমগী অপাইবা মেচিনশিংগী অত্তেক অকায়না রিংগুম্না উংহ্না লৈ।

বাহংশিং অসি কনাগুম্না হংনরকখি। বাকমসি কুইরবা অরিবা, বাকম, থোদোক ওইরবস্থ খংজিনবদা, বাখলগী লংনা লংজিন ফংবদা খরমখৈ কাম্নবা ফংবা য়াই। অতু ওইরবদি পৃথিবীশিদা চাওখং-খোংথাংদা, শক্তি পায়বগী হিরমদা থৌদাং চাওনা লৌরিবা এয়ার ক্র্যাফটশিংগী মরমদা নৈনরশি।

মীওইবা জাতিনা খরা মশিং য়াম্লকপা মশাগী বাখল খরা লাকুৎতদগী বাখলনা থবক ওইনা পাংথোকপা ঙম্লকপা মতম-তুদগী পাইবগী বাখল অসি লাকুবা হৌখি। অহুবু হৌজিকী চাওখংলবা এরোপ্লেন, হেলিকোপটর, নোংখক্কী জহাজ, গ্লাইদর, গাইরোপ্লেন, ওরনিথোপটর নচিংবশিং অসিদি মতম চংনা বানা হোৎনরকপদগী ফংলকপা মহৈনি। "মীনা অতিয়াদা পাইদুনা চৎপা" হায়বা বাকমসি মতমতুগী অহৈ অশিংগী ফুঙ্গা বারী ওইনা লিনরম্মা বারিগুম্মনি। মতিক মগুন লৈরবা "দোলাই অপাইবী" ঈশ্বরনা তোংদুনা চৎপা অডকপা মীংনা উবা ফংদবা পোৎশক ওইনা মংগী বাখলগুম হায়বা য়াহৈনি। সুপরমেনগী মতাংদনা কনাগুম্না মীওই অমনা ঈশ্বরগী শক্তি চেনবা ওইদুনা অকাসতা মনিং তম্না পাইদুনা চৎলি। মখোয়দুদি ইরোস, মার্কুরি অমসুং হারমেসনচিংবা অসিনি। অদুগা চিনাগী নিংথৌরেল 'শুন'না খৃষ্টনা পোকদবা চহি ২২০০ দা অপাইবা দোলাই তোংদুনা কোয়নবা হায়খি। মমাংদৈগী পৃথিবীগী জাতি অয়াম্বনা মশা পানবা ঈশ্বরশিং অমসুং সুপরমেনশিং পরশিম্মা, রোম, গ্রিক, মেক্সিকো অমসুং ইজিপ্তনচিংবদা ওইবা শিন্নোলশিংনি অসিগুম্বা

থৌদোক কয়াগী শক্তম, নারি ভারবা অচৌংশিংনা ‘পাইবা’ হায়বসিদি বাখলগী লংনা লংজিন লাক্নবা হৌখি। কনাগুম্বা ভাবনা শাবা শেমজিন-রাইথ কয়ানা নিংখিনা থোংদোকনরক-পম্বু য়াওরকই। উক-ভাক্নবা মী কয়ানা “মাগী মীদো মথাক্তা অপাইবা মীনি, ঈশ্বরনা পাইবা চুমই” হায়নবা ভাবনা “ঐস্বু মাগুম্বা পাইবা চুম্নবদিকো, অদু ওইরবদি কয়াদা নুংঙাইগদবা” খল্লকখি। “করিগুম্বদা পাইবা চুম্নবদি পৃথিবীগী খোংনা লত্ৰগা পাডিনা চংপদা য়ৌবা চুমত্রবা মফম কয়াদা কোয়না অভিয়াদা পাইরগা য়েংলবদি করম ভৌনি” হায়বা লাংভক্নবা বাখলশিংগী ঈথক ঈপোমশিংনা মথা কযাদা মমি ভাবা হৌনরকখি।

মীওইবা জাতিনা হেক পোক্লকপদগী অখোই অহেন ভাম্নবা হায়বসি পোক্লকপদগী য়াওরক্লবা গুননি হায়বা য়াই। অদুনা ‘পাইবা’ হায়বা ভিরমসিদম্বু মথল কয়াগী বাখলগী পোৎ শাগৎ-পদা হায়নবা য়াওদনা অখোই অহেন অম্বমক ভারদুনা লাক্লি। অদুমকপু চহি কয়া চারোল তুরোল কয়া বাখলগী মচুঙ ঈগী শক্লক্তা য়াওখিবদগী, মপা মপুগী হৈনবী, হৈ-শিংবা কয়াদুগী লংনা লংজিন্দু মশু-মচাদা ময়েক শেংলকপনি। মদুগী মরমদা হায়নবা অম্বম্বা নৈ—

নোংমা অহল ওইরবা মথুভা চৈত্ত য়াওদনা চংপা চুম-ত্রবা নিপা অমনা লমহাং অমদা লাকপদা নুংশিংকৌ শাক্লনা মশাদা য়ৈবদা শাক্লদু ভাকচবা চুমত্রদুনা বানা উখা অমদা কমলিচৈদা “ভোমপ” কৌবা নিপামচা অমনা ভেলঙ্গা পাইদুনা





অভিন্নাদা পাইবা

হৌরাওনা শাগ্নদুনা লাকখি। ভেলঙ্গানা অভিয়াদা য়াংনা হাইনা হুগ্না পাইবা উবদা অহলদুনা ভোমপবু কৌশি-ন্দুনা হংলকই— "ভোমপ ভেলঙ্গাশি কনানা শাবনো ?" ভোমপনা খুমই— "ঐনা শাবনি"। "কনানা ভদ্বী।" "পাবনা ভদ্বী।" "ভেংঙ্গাগী মখাদা উপু মচা অমা য়াম্বরি-বশিনা করিনো ?" "ঐখোয় পাবনা য়ানখবা য়ারোই হায় অহুদা ঐনা য়াগনি হায়দুনা উচি অমা হাপ্লগা পাইহল্লিবা, অহানবদদি ভেলঙ্গাশি পিকমনবনা পাইখৎলু য়াদে, হোজঙৌ পাইয়ু হায়বা য়ারে" অস্নুগ্না বারী শাগ্নরম্মী।

অসিগুম্বা ভোমপগী পাউখুমশিদা অহল অহু ভক্লা শোগি "উচিনা অকাসতা পাইবা ভম্রবা।" ভাইহাক খুইখরবা পোক হৌরবা মকোক্তু ভাওকুরগা হায়রকই— "নহাক দোলাই অপাইবী শাবা ভমগত্রা ?" 'করুম্না দোলাইবু পাইহনগদৌরিবা" ভোমপনা লাংভক্লনা হংই। "ঈশ্বরদি দোলাই অপাইবী ভোং-দুনা পৃথিবীগী মফম খুদিং চৎপা ভমই, মহুম্না কোয়বদে। য়াম্না সুংভাইব্রবজাংনি" অস্নুগ্না হায়রকই। বাশিংগি ভাক্লুরগা ভোমপ ভেলঙ্গা পাইবদা পুক্লিং চংখিদে। মতম খুদিংদা— 'ঈশ্বরদি ডোলাই অপাইবী ভোংই ডোলাই অপাইবী কমদৌবা জাংনো" হায়না খনবা হৌখি।

অস্নুম্না শৈক্লিবা নৌরিবা নিপামচাদুগী মখাদুনা খংনিংনো লাংভক্লহনা মখুম মরাং হৌখি। ভেলঙ্গা চাওনা শারগা খব্রা চাওবা উপু য়ানশিল্লগা ঈশ্বরগী মুর্তি অমা হাপচিল্লগা পাইহন্দুনা





অহানবা: ডাএড'লুস অমসুং ইকারুসকী চাংথেং।

অনিশুবা: লেওনারদো ডা ভিন্সিগী ফ্লাইং মেচিন।

লাওই— ‘ঈশ্বরনা ডোলাই অপাইবী ভোতুনা চৎলি”। অসুম তৌতুনা হরাওজখি।

ভশেংনা ভেলঙ্গানা অভিয়াদা পাই। কমদৌনা পাই? পাইবগী মওং করম্বা নিয়ম লৌতুনা শাবনো? শাংলবা কল্লবা লং অমনা ভেগঙ্গাগী ময়াইদা য়েৎ ওই, মাং-নিং লুম্বা মাগইন্দুনা কিশিল্লি। কিশিল্লবা লংথু মুংশিংকা মায়োক্নুনা চিংতুনা লৈ মায়ুমগী রাংখৎখি।

ঐখোয়না থংলে মুংশিংকী শাফুতুনা তেলঙ্গাগী অপাকপা মমায়মতুদা য়ৈরম্লগা লৈমায মখারোমদা থক্তোক্লকই। শাফুতুনা ইনবগী পাঙ্গলথু লংতুনা ভাক্কুনা তুংলোমদা লেংহন্দে। মথং-দা লৈমায়রোমদা পীথখীবা শাফুতুগী মতেংথু লৌরগা ভেলঙ্গানা লৈমায়দগী রাংখৎখি। অসিগুম্বা নিযম কযাসিদগী পাইখৎপ্রবা মতুংদা মাল্লংদা হায়না হুম্বা নেমখৎ-নেমথা তৌতুনা মনিং তম্বা পাইখি। মসি ভেলঙ্গানা পাইবগী নিযমশিংনি।

অসিগুম্বা পাইবগী নিয়ম কয়াশিংশি মথং-মথং মওং মখল কয়াগী রাথলনা লংনা লংজিন থিনবতুনা পাইনবা হোৎনরকই। করিম্নু লৈতে থনবা মুখিং থুদিংগী উথুনতা লৈবা থুদম ওইবা পোং কয়ানা রাথলগী মথৌ হাপলকখি।

উচেক্না পাইবা উবদা পাইবগী লমদা অমুক উচেকী মতৌ তম্নবা হোৎনরকখি। মরু ওইনা নিপাশিংতনা পাইবগী মতাংশিদা খময়তুনা উচেক্না পাইবগুমদনা পাইবা তমগদগে খময়রকখি। উচেকী পাইবসু, চেনবসু, ইরোইবসু তমই। উচেক্না

ঙন্না মীওইবনা ঙমদে। অদু ওইরবদি মীওইবা জাতিদগী উচেক্তী জাতিনা চাওখৎপা, হৈবা হেন্নে হায়বা মশানা তাবা য়াকমনি। থক্লেংলেংনা অহৈবগী মতৌ হৈতবনা ভন্না তাবনি। থবক অসি হৌনশানি। তশেংনমক উচেক্তী মতৌ মীওইবনা তন্না হৌরকখি।

মতমমতুগী মীশিংনা হংনৈ য়াহং কয়া— নিপাশিংনা উচেক্ মনা অয়াপ্পা মফমদা পাইদুনা চৎপা, হল্লকপা ঙম্বা করিগীদমক হোৎনবি? করিগীনো হিরমসিদা থম-নৈনবদা অক্কবা ওইরিবা? কনা-কনাগুম্বগী হৈ-শিংবনা পৃথিবীগী মথক্তী মুংশিত্তা যিৎকুপ থরতা ওইরবন্দ্র নৈবা ঙম্বা য়াওখিবরা?

য়াহংশিং অসিনা তাক্লে হৌদোকপা মহাক অদু সমাজগী মীনোক মৈশানা অবাবা পী হায়রবদো। অদুবু য়াহংগী মতিক চাবা পাওখুম খুমলুপ্রবন্দ্র অচংবা থবক থৌরমনি হায়বসিদি হোৎনজরিবা মক্ত নতা থংজখি। মমাংথক্তগী ইপা ইপুশিংনা থম-নৈনরকপা, পুথোরকখিবা নিয়ম কয়া মরি মত্তা থোক্তবা মীতোপশিংনা পুম্নমক মাং-তাকহনখি। থেহ্লোইঙদগী হৌরদুনা নোক্লিবিবা, হৈখায়-খিনগায়রবা কয়ানা হিরমশিদম্ব অপনবা পিরকখি। য়াথলনা য়ৌশিনবা ঙমদবা মীওইশিংনা ফাগীগুম্বা থৌদোক কয়াদুদা অপনবা পিবতা নত্তনা মাংহল্লি। অমুয়া ওইরবদা পাইবগী লমশিদা খুদাং চাওশিন্দুনা হত্তম চংদনা চাওখৎনা পাংথোকপা ঙমখিদে। অদুবু তপ্পা তপ্পা পৃথিবীগী মচি-মচিদা চাওখৎপা মফমদা পাইনবা হোৎনরকখি।

উচেক্না খপনবা লৈভনা বোদিহ্ (মছা) রিংগী (মশা) মত্তেংনা লৈমায়থক্তা কল্লবা শাক্সু পীথরম্লগা লৈমায়দগী থাঙ্গংলি। পাইখৎপগী মভাংদা মখোংহুনা লৈমায়দা কোর্শ (শাক্সু) অমা পীহুনা চোংখংলগা মশা অনিনা পীথরকপা শাকুগা অমাক্তা ওইনা চোংখৎহুনা রিংশিংনা মথক মখা খপ্লহুনা পাইখংলি। রিংশিংনা মাং অমস্তুং মথক্তী স্থংশিং কৌশিন্দুনা তুং অমস্তুং মখাদা পীথরকই। অহুনা উচেক্না পাইবসি উবদা দেবিং কৌবা স্থপা অমনা লাওখি—

"ও। ঐরোম্না লমখুনুগী মশা পাল্লম্লবদি মহুনা খপ-খপহুনা থাপ্লা পাইরমগদবনি অমদি মহুনা ঐগী পোথাকম ওইরমগদবনি।" অস্তুম্না। অসিগুম্বা পাইনিংনা পাইবা ভমজ্রবা রাখলভনা রাহল্লবা থম্মোই অমগী ময়েক শেংলবা ভেংথাখোলম্নো।

থুদম ওইনা উমায়রী অমা অভিয়াদা পাইখৎপা, পাইবা, ভারকপা কয়াবু উক্লরগা নিয়ম পুম্বা উবা ফংই। লৈমায়থক্তগী পাইখংপ্রবা মতুংদা পাক্লবা রিং অনি খপহনা মমৈহ্ পাক্লা শন্দোক্লগা মভম থর কোয়না লৈহুনা মপোপ কায়দনা পাইহুনা লৈ। মসিবু চাওখংলবা এয়ার ক্র্যাফটকা চাংদম্লরবদি ম্লাইডরগী অমহানি। মমায় লৈবগী মভাংদা রিংগী শাদোল, পাক্লা শন্দোক্লবা মমৈহ্ নেমখং-নেমথ, চেপখং-চেপখ ভৌহুনা লৈনিংবা মওংদা লৈহুনা পাইহুনা চংনিংবা মায়কৈদা চংপা ভমই।

উচেক অমগী শক্লক্তা য়াওরিবা মচনশিংগা চাওখংলবা এয়ার ক্র্যাফট অমদা য়াওরিবা শক্লকশিংগী মচনশিংগা চাংদম্লবদা

থংবা ভমলে মতুদি পোংশক অনি অসি খেংনবা লৈরে।
এয়ার ক্র্যাফটকী শরুক-মচন খুদিংগী কারকম অমমম লৈবগুম
উচেকী শরুক খুদিং মায়বা কারকম লৈ হায়বা য়াই। চাও-
খংলবা এয়ারক্র্যাফট অমগী শরুকমদা ভোঙান ভোঙাবা থাই-
দোকপা অচুক উচেক অমগী শরুক খুদিংগা মাগী—

১। লেন্ডিং হুইল (Landing wheel) — মখোং অনি

২। কোকপিট (Cokpit) — মকোক

৩। ফিউজিলেজ (Fugelege) — মশা (বোদি)

৪। রিং (Wing) — মশা অনি

৫। এলেরোন Aileron) — মশাগী মতোলোম থংবা মতাই মনিংথংবা নাকল অনি

৬। ল্যান্ডিং ইডজ (Landing edge) — মমাং থংবা রিংগী শাগল

৭। ফ্লেপ (Flap) — মশাগী মনিং থংবা বোদিয়োমদা নকশিনবা শরুক

৮। টেইল প্লেন (Tail plane) — মমৈ

৯। ফিন (Fin) — ময়াইথংবা মমৈগী মুংথংপা মমাং শরুক

১০। স্টাব্লিজর (Stablizer) — মমৈগী কন্দোকপা য়েং-ওই মতাই অনি

১১। ইলেভেটর (Elavator) — মমৈগী কন্দোকপা মনিং-থংবা য়েং ওই মতোল

১২। রডর (Rudder) — মখৈগী য়ুংখৎপা মনিং থংবা শরুক

১৩। ইন্টরনেল ৱায়ার ওফ ইঞ্জিন — বোদিগী শিংজি-শিনাও (Internal wire of engine)

১৪। ইঞ্জিন (Engine) — থবাই

১৫। ওইল ওফ দি মেচিন (Oil of the mechine)— ঈ

১৬। পাইলোট (Pilot)— মিৎ অমদি বাথল অসিনচিংবা।

মরু ওইনা ময়পাশিংঙনা পাইনবগী বাথল খনবঙনা মরম ওইদুনা "ময়পা উচেক (বায়ুথ মেন)" কৌবা মিংথোলশিং থোন্নরকখি। মিংথোলশিং চহি চা কয়া উচেকশুম্না পাইনবা হোৎনরকপদগীনি। উচেকী মতুশিংনা লেংজুম অমদি পা-ম্বোমগা কোয়না থুংশিংদা থোটকগী মতেংনা নপশন্দুনা উচেকী ঙিংগা মায়নবা শেমগৎখি। মাসগী মতেংদগী লমদম শায়া য়াংনা পাইবা ঙমজবস্থু মিংকুপ থরভা ওইরবস্থু পাইবা ঙম্-রকপগী হয়াও ভয়াম্বনা নিময়রকপা মতম ওইরকখি। লম ভেয়া পাইবদদি য়াংবা পাইব উচেক কাওবা ফাবা ঙম্বা য়াওনরকখি। অদুবু পাইবা ঙম্বগী অকবা মিংথোল তানবদা মীওই কয়াগী পুন্সি কয়া মাংদবদি নত্তে। কিগন্দবা, মথৌনা লৈবা, মবুধি ফবা মীওইশিংভনা হিরমশিংদা হোৎনরকপদা উচেক মতুশিং মফম মতম চাদনা কেনখিদুনা থুদোং থিবা কয়াম্ন নংনখি। বাকম অসিদা থুদম ওইনা মথাগী বায়ীসিদা কোংদোকই।

মমাংঙৈদা কুটেগী নিংথৌ মিনোসনা ডাএদালুস কৌবা নিপা অমা মহাক্কী মচানুপা ইকাক্রসকা লোয়ননা ফাজিন্দুনা বোম্দি ওইনা থমখি। জেল অচুদগী লাম্থোক্নবা লম্বীদি অকাসকী লম্বী নত্তনা অতৈ মফম লৈতে। নানথোক্নবত্তা থনবনা উপায় থিরক্লবদ। কোমথংদা 'পাইবা' হায়বা উপায়শি ফংলকখি। ডাএদালুসনা উচেকুম্না পাইবা ঙম্নবা উচেক্কী মিং শেম্নবা থল্লহনা জেলদগী নানথোকপা ঙম্লগনি হায়বা আশাদা অচৌবা উচেক কয়াগী মতুশিং খোমজিল্লে। খোই মহুমদগী খোয়রু কয়া থিরহনা উচেক মতু পুম্নমক পাম্বোমশিংদা নপ-শিন্দুনা পাইবা য়াননবা শেমলে। নানথোক্নবা মতম য়ৌরক্লবদা মপানা মচাদা হায়— "ইবুংঙো যাম্না বাংনা পাইগন্নু, করি-গুম্বদা বাংনা পাইরবদি নুমিৎকী মৈশানা উচেক মতুশিং নপলিবা খোইরুশিং শোদোবকনি, খোইরুশিং শোদোক্লবদি উচেক মতু পুম্নমক কেন্দুনা নশামক সমুদ্রদা তাহনা ইরাক্লহনা শিগনি," অম্বম্না হায়রহনা পাম্বোমশিং থপ্প থপ্লহনা পাইবা হৌরকখি। অম্বুম অপুম বাংথৎতুনা জেলগী চেকপল বাংমা লান্দুনা সমুদ্র ঈপাক্তা লানশিল্লক্লবদা নকা ওইরবা ইকাক্রসনা অহানবা পাইবা ঙম্বা অমদি জেলদগী নাম্থোরকপহুদা নুংঙাই-মনগ্রহনা হরাওনা হেম্না বাংনা পাইখৎলি। খুদক্তা খুদোং-থিবহু মপাগী চিম্বক্তা তারকখি। ডাএদালুস অমম্বুং ইকাক্রস জেলদগী নাম্থোরকপগীনি। ডাইহাক্কী মনুংদা উচেক মতু নপ্লিবা খোইরুশিং নুমিৎকী মৈশাদা শোদোরকতুনা উচেক মতু পুম্নমক

কেনখিহ্নগা পাইবা ঙম্লক্তবদা ইকাক্রস সমুদ্রগী ঈপাকলোমদা হায়থরকখি অমসু: ইরাক্লখি। অদুগা ডাএদালুসনা মভোমভমক রিংশিং থপ্ল থপ্লহ্নগা ইটালিগী য়েনলেঙ ভারা পাইখি।

অসিগুম্বা লম-লমগী ফুঙ্গা ওয়ারীশিংসু কয়া থোক্লরক্লবদা মী অমনা পাইবা ঙমলে ভাবদা মতৌ ভম্বদা মীওই কয়াগী থৱাই মাংনখি। অদুগা অঙম্বা কয়াম্বু থবক ওইনা পাংথোকখি। অরাংবা টারারশিংদগী কযারক হম্না চোংথহ্নগা শিংলিগী পাম্বোম-শিংদা উচেক মতু নপশিন্দুনা পৃথিবীগী লৈমায়বু মিংকুপ থরভা ওইরবসু পাইহ্নগা য়েংবা ঙম্লরকখি।

স্কোটলেণ্ডদা জোহন ডাভিস কৌবা মুপা অমনা পাম্বোম-শিংদা উচেক মতুশং নপাশিন্দুনা পাইনবা হোৎনখি। অদুবু মহাক মায় পাকপা ঙমখিদে। মায়-পাকখিদবগী মরম মশামক্লা হায়— "ঐনা ইগল মতুগী মহুত্তা লৈমাইথক্কী য়েনশিংগী মতু শিজিন্নরহ্নগা রিংশিং শাবদগীনি" অস্তুয়া। মহাক্লা মরম পীরক-পদা থংবা ঙমই মহুদি— অতিযাদা পাইনবা রিংশিং শাবদদি অতিয়াদা পাক শন্না য়াংনা পাহবা ঙম্বা উচেকশিংগী মতুমা খুদোং চাই। বোদি লুমহ্নগা লৈমায়দগী য়াংথৎনা পাইবা ঙমদ্রবা উচেক কয়াগী মতুশিংনা পাইনবা রিংশিং শাবদা খুদোং চাদে।

মঙমগী খোংলৈ মতুং ইম্না পাইবা ঙম্লনবা অভোপ-অভোপ্পা চাংয়েং কয়া পাংথোক্লগা ফগংনবা হোৎনরকখি। লাই য়েকপদা থোইদোক্লা ফাওরবা লেওনার্দো-ডা-ভিনসি না

পাইমবা মেচিনশিং পুখোকপা য়াই হায়না ইহান হায়া লাই যেক্তুনা থল্লকখি। মহাক্না লাইয়েকপগী অখোইদা থুম্বেক্তা "মোনালিসা" গুম্বা মিৎ-নাকোঙ, নাত্তোন হকচাংগী নিংথিরবা শকুম হাপ্পগুম্বা অনৌবা পোৎশক কয়া নৈমরহুনা, শোয়দনা পাইবা ঙাগদৌগুম য়েকলকখি। অদুবু মানা য়েকপা লাইশিং অচম্বা প্রজাশিংনা থংবদদি ঙানা খোকপা ওইখিবনা মহাক্না হোৎনজবা পুম্নমক অশিবগুম লৈখি। লেওনারদোগী পাইনবা মেচিমগী অয়েকপা থুংয়েক্কি।

লেওনারদোনা অহানবা য়েকখিবা থুংয়েক্কি— মৈ চাক্লবা দলাঙ্গী পেম্বাচুটকী মতেংনা নানথোরকপা লাইচুনি। ঙাক্ম-শিনা হেলিকোপ্তরবু ভাক্লি। হেলিকোপ্তর হায়বসি গ্রিকী ঙাহৈ "হেলি" (বুলহু অমা), অদুগা "কোপ্তরনা" (ফিং) অসিদগী লাক-পনি। অদুগা লেওনারদোগী মওংদনা অথম্বা ফিংশিংনা বুল-হুশিংদগী থপ্পহুনা বোদিহু নুংশিত্তা থম্মখিবনি। মহাক্কী পাই-নবা য়েকপা মওংশি ইঞ্জিনশিংগী ওইবা পরার শীনবা য়াওদে। অয়াঙবা থাভুনঙ্ম শাদে। উচেক্না পাইবা চেকশিন্না নৈনবুবা মতুংদা এরোপ্লেন অমগী মওংদা য়েকপনি। মহাক্কী ডিজাইনদুদা উচেক মতু অমদি খোইরুশিং য়াওদে। অয়াঙবা উগী উচন-শিংনা বোদিহু শাগৎলহুনা ফিশিংনা ফিংশিং শেম্নগা খৌবি অমদি ভরাশিংনা নিপাগী পাম্নোমদা, মখোংদা লৌরহুনা থপ্পবা মওংদা শেমই। নাকল অমদনা মমৈতমক লেংম্নবগী খৌরিল্প মকম চানা কিহুনা থমই। মসিনা পাইরিবা মীহুগী মাইওন্দা

ঙাকশেনগনি। অদুমকপু লেওনাবদোগী বাখল্দগী থোরকপা এয়াব ক্র্যাকট কয়াশিং নিংখীবা ধবক তৌবা ঙমখিদে। মরমদি মখোয়শিং অসুকী মতিক লুমই। নিপা কনা অমত্তনা মহাকী মেচিনবু পাইদুনবগীদমক মতিক চাবা পাঙল লৈতে।

অদুম্না চাংয়েংবদা মায় পাক্কবদা লেঙলায়দো মশাকক্না চাংয়েং তৌকপদা লাক্লগা হায় -- "এয়াব ক্র্যাকটশিগী মনুংগী শক্তশা বে-দিদু লেংহন্দনা থিংগী মতোলতমক থপকদবনি" অদুম্না মখোয়খংদা থুবাই য়াওনা রানা লোংনরবা মতুংদা "গ্লাইডর" ওইনা মতংশিল্লহনা অতিয়াদা মতম খরতা ওইরবস্থ পাইবা ঙমখি। অদুবু য়াম্না হৈ-শিংনা অকক্নবা মওংদা থিংগী মতোল-তমক পাঙলগী মতেংনা থপ্পা তাই। মদু নত্রবদি থুদক্তা অরাবা নংগনি হায়না চেকশিনরকখি

শক ১৬৮০ দা ইটালিগী ফিওভানি বোর'লি কৌবা লাইরিক ইবা নিপা অমনা "ডে মোটু অনিমালিউম" কৌবা লাইরিক্তা অরোইবা রাহৈ ওইনা ইখি মদুদি "নিপা কনা অমত্তনা মশাগকী মশলশিংগী মপাঙ্গলনা থিংশিং থপ্পহনা পাইবা ওইথোক্তে" অদুম্না। পীরিবা মোট অসি চুমদবা নত্তে। অদুবু য়াম্না হৈনা মেকানিকেলগী মওংদা তৌরবদি ইরা-বাদনা পাঙল পংচং-চংদনা পাইবা য়াবা ঙাংনি হায়ন মীওই কয়াগী মোটস্থ থেন্নবা মওংদা কোংদোক্লরকখি। মসিমক্ত্রা কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমদগী অচুম্বা অরানবা কয়া থনতোক থনশিন তৌদুনা মিং-মায় শিংনকমনূ ওইখি।





মথক্কী থুংয়েক : জেকোব ডিগেনগী থিং পানবা বেলুন।

মখা থংবা থুংয়েক :- লেওনারদোগী পাইনবা মেচিন মওং।

১৯ শুক্ক শদাব্দিগী অঙনবদা স্থইটজরলেণ্ডগী ঘড়ী শেম্বা জেকোব ডিগেন কৌবা নিপা অমন হায়— “মহাক মশামক অমম্বা বিংলিংনা অতিয়াদা পাইরে” অঙম্বা। অদুবু মশামক্না লৈমায়দগী চিংবা চেনবা য়াওদনা বেলুন্দা হকচাংদু চুমজিংনা মথকলোমদা রাংথৎখি। রাকমসিদগী মীশিংনা হকচাংবু থাজৎপা ভম্বা পোশক কয়াগী মরমদা অমুক নৌহৌননা থনজিনবা হৌরকখি।

মতম কয়া চংনা পাইনবা হোৎনরকপদা মপুং ফানা মায় পাক্কন্ববদা মীনা পাইবা হায়বসি ফাগীগুম্বা, করেম্বা বাহৈ ওইনফাওবা শিজিন্নরকপা য়াওনরকখি। ১৬-১৭ শুবা শদাব্দদিদা অইবা বিশোপ গোদবিন, ক্যারনো-ডে-বেরগেরাকনা বারি জিবা ওইনা থাগী খোংচত্তা শিজিন্নখিবা অঙকপা অহাজগী মরমদা অস্ত্রয়া কোংদোকখিবনি— “অমুক অঙনবদা নাপী মতোন্দা শকপা লিক্লা মরিক মরিকশিংনা মুমিংকী মঙাল-মৈশা ফংবগা খুনমক মনিল ওইনা তন্দুনা মথকলোমদা পাইথৎলি, মরম অদুনা লিক্লাশিং অসিংগী করিগুম্বদা থাজংনবা পোৎশক অমা শাবা য়াইনা”। করিগুম্বদা গ্রাম ক্রোকট অমগী মচুংদা লিক্লাশিং হাজিন্নবদি মুমিংকী মঙাল ফংবগা খুনমক গ্রামতু মথকলোমদা পাইথৎখিগনি। অস্ত্রয়া কোংদোক্লকুনা থবক ওইনা পাংথনবা হোৎনরকখি। “করিগুম্বদা মুমিংকী মঙালঙ্হ লৈচিল থনজিন্দুনা মমম্লবদি কমদোংদগে হায়বদি থংখিদে। ক্যারনোনা থাদা চৎপা খোংচত্তা লিক্লা মরিক শিজিন্নরবদি কয়াদা ফরবা খো-রাংনো থনখি।

"মতম খর লৈরগা মশামক্তী রাখলহু থবক ওইনা পাং-
খোক্লনবা লিক্লা নত্রগা মৈথুগী লিক্লিশিংগী ফিজোল শেল্লহুমা
মফুনী মথাংদা, লংজুমদা পেটিগুম্না পুনশিন্নমই। মহাক্না ১৩ হবায়
শদাকলিদা সাইন্টিস রোগর বেকোনা হায়খিদা "অচৌবা অকোবা
ম্রোব অমদা অরাংবা জুংশিং হানজিল্লবদি মহুমা এটমোসফিয়ারগী-
মথক্তা অহাঙমা ঈপাকপক্তা তাওবগুম তাওহুনা লৈগনি" হায়খি
শিংগী মোট লৈরহুনা হোংলক্কখি। রোগর বেকোনগী নিয়ম-
গুম্বনা ক্যাবনোগী কোদিহু এটমোসফিয়ারদা থাঙ্গৎখিরমই।

কনাগুম্বনা ইথরগী মনিল অসি থাঙ্গৎলবা পোশক অমা
ওইনা শিজিন্নরকই হায়রবু কদায়দা অমম্বং ১সিনা পাইবা
ঙমখিবরা? ঐখোয়না অসিগুম্বা পোৎশিং অসি খোকহল্লকপগী
মরম হৌজিক্তী থংলে। পৃথিবীগী মশিং থিজনত্রবা মীশিংনা
তেনঙ্গা পাইবগী হৌনবীপ্ত থংলে। পুম্নমক্তগী মহুংদা হেন্না
যবা মী নত্রগা পোং পুবা য়াবা পাইনবা মেচিন পুখোক্লবগী
জ্ঞানদি ইহং হংবা ঙমদে। পাইবগী নিয়ম নত্রগা শক্তম মীগী
মতৌ তমহুনা কনবা শেমদোকপা নত্রগ' লৈরক্লবা অমা পুখোকপা
কয়াশিংনা মওং অহুমথক পুখোরকখি। অহানবদা মীনা মথক-
লোমদা থাঙ্গৎলবা শাকু অমম্বং মেচিন, অনিশুবদা মী মশামক
এটমোসফিয়ারদা লৈবা অমম্বং কোয়চং চংপা, অহুমশুবদা মী
মশামক্তা পাইবগী মায়কৈ ঙাকচবা ঙম্না মওংশিং অসিনি।

অহানবদা লৈ-শিংবশিংনা মকুওইনা মশামক থাঙ্গৎমবা
হোংনরমই। মখোয়না মশামকপু অতিয়াদা অমক্তং থাঙ্গৎলমবদি

হিনা নৌ অমম্বং পানশিং শিজিন্নরূনা হিংহোনবগুম নত্রগা করিগুম্বা মথন অমগী অথল্লা বিংশিং শিজিন্নহ্ননা পাইবা ঙম-গনি হায়বা থাজৈ।

ডে-লানা কৌবা নিপা অমনা ১৬৮০ দা ওগ্গো-ভোন গুারিকে হায়বা সাইন্টিসনা পুথোক্লম্বা "হুংশিংকী পাম্প" গী মতেংনা কোপন্নমা পানা শাবা বোলগুম্বা অমগী মম্নুংদগী মুংশিং পুম্নমক চিংথোক্লগা মুংশিন্ডগী হেন্না য়াঙনবা ছৌরমই। অসিগুম্বা বোলশিনা হিগুম্বা অমগী মতাম মরিন্না [illegible] ম ফিশিন্নগা থাক্লংনবা অমম্বং পাইনবা ঙোংনরমই। অসুম ভৌরহুনা অভিন্নাদা পাইবা ঙম্নবা হিরম কয়াদা থুংযাং চাওশিন্নকখি। অহুবু নিংশা থিবা অমনা করিগুম্বদা অপাবা ধাতুগী বোলছু অহাংবা মন্নুংগী শরুক্তা মপানগী অকনবা শাকুনা থৈশিন্নকু্না কামগন্না হায়বসিনি। অহুনা যাংকোননা থংবা বাথল শগী মতুং-ইন্না থুদোংথিবদগী কননবা বোলছু শাবদা মপুং ফানা কম্নবা অকবা অশেংবা ধাতুনা য়াঙনা শারমই। অহুগা ১৭০৯ দা লাওরেনকো ডে গুসমাওনা লিন্সবোন্দা শাক্লগা এয়ার ক্র্যাফট অমগী মওংদা "পাসম বোলা" কৌবা অচৌবা উচেক্কী মওং কৌর-হুনা শান্নবা ঙোংনরমই। অহানবদা ফাগী য়াল্লবস্মু মথৈথংদা মসিনা য়াইডর অমগী মওংদা পাইবা ঙমগনি হায়বদি থাজ-নরকখি। গুসমাওনদি মহাক্কী নিয়ম অসি পৃথিবীদা থৈংবা পাইনবগী মওং কয়াদা অকবা অম মতোন কৌম্না পুথোক্লবা ইঙ্গিংনি হায়না ফোংদোকই। পাসসারোলা শ থিবা চহিদা





মথক্কী থুংযেক : ডে-লানাগী হিগুম্বা অমগী মভায়দা সুংশিং চিংথোক্লুবা কোপরগী বোমশিং ফিশিন্দুনা পাইবা

মথাগী থুংযেক :- গুমম্বাওগী পসমাবোলা প্লাইদরগী মওং ।

পোরচুগালগী নিংথৌগী মমাংদা গুকনিংঙাই ওইবা মোডেলসি উৎছুনা থাক্লমই। পাসসারোলগী মওংদি বেলুনসিগী মথা থংবা শরুক্তা মখুম হাংদোকনি, মতুংগী ফাওজুবা মৈ চাক-কয় হুন অমা য়াম্বরকনি, হুনথুংগী মনুংদা মৈরি শিক্লা চাক-হন্দুনা মখুমতু থুমজিনগনি, অশাবা মুংশিংনা অহাংবা মফমশিং থল্লকুবা মতমদা ক্র্যাফট অদু মথক্লোমদা কাখৎলকনি; নেম-থবগী মতাংদনা চাক্লিবা মৈদু কাংখল অমগী মনুংদা ইনশিন্দুনা ইংখৎহনগনি অদুম্না। মতৌ অদুম্না মওং ভানা শাগ্রবা ক্র্যাফট অদু 'অভিয়াদা থুদোং থিবা যাওদনা পাইবা ঙম্লই। মসিনা পাইরিবা মীহুদা অপনবা করিশ্ম থোকহনখিদে। মাগী চাংয়েংসিনা মায় পাক্লবদা মীপুম ছিংনা মাগী হৈ-শিংবু থাগৎনখি।

ফ্রান্সকী জোশেফ অমদি এতিএনে মোন্টগোলফিয়রনা অমুক হন্না অশাবা মুংশিংকী বেলুন পুথোরকখি। অসিগুম্বা মোন্টগোলফিয়রগী বাথল অসি নোংমা মথোয়না কম্ফুনা য়ুম মৈ চাকপা য়েংবদা লাকখিবনি। এথোয়না মৈ চাকপা য়ুমথুংগী মথক্তা অপিকপা চে মচেৎকুম্বা কয়ানা মৈথুগা লোয়ননা মথক-লোমদা পাইমৎখিবথুদগী কংখিবনি। মথোয়না মুংশিংনা মৈশা পিরগা য়াঙ্গ্‌লকপা, অইংবা মুংশিংনা কুমথরকপা কয়াসিবু থংবা পাক ঙম্মদে। অদুবু য়ানা থিজিন থনজিনজদুনা হোৎন-নবা মতুংদা অঙকপা গ্যাসশিংনা মুংশিং য়ুদবা থাওদ হান-জিল্লবদি মৈ চাকপদা থোকপা থৌদোক অদুগুম্না থোক্লকনি

হাম্বকপি থংলকখি" ঘদিনা মপাল্লল লৈনা লৈমায়দগী পোম্বক মহু লায়না থাঙ্গৎপা ঙম্মগনি হায়না খাজনরখি।

মতম্ম কয়ামরুম হৌপ্রবা মতুংদা মোন্টগোলফিয়র মশামক্লা চাংথেংলগে হায়না নিংলহুনা শিলক্কী অদিকপা থাও অমা শারে। থাওহৃদগী অহোবা মমায়হুনা মখারোমদা অচাকপা মৈগী মথক্কা ওম্মরে। মহুদা থোক্লকপা মওংহু উবদা অকওপা হাংবহু ওইখি অমম্বুং হরাওবনা লুথোন শাংখি। অশাবা মুংশিংনা থাওহু পীক থল্লবা মতুংদা খাদোকখিবদা থূদক্কা পাইখৎখিহুনা শিলিংদা নপতুনা লৈখি। মতৌসিদা হরাওজবগী মিক্ললনা নিংদোলদা থোংজেল থুনা চোংখি। মথা তাবা ওইনা ১৭৮৩গী জুন তাং ৫ দা মথোয়না ফুট ৩৮ না ডায়মেটর ওইবা বেলুন অমা শাহুনা তুম্ম্রংদা থাগংখি। মহু উবদা মীপুম থুদিংদা অঙকপা কাও-নবকখি। অহুবু লাইবক থিবনা হল্লক্লবগী রাখল খনখিদবনা বেলুনহু লৈমায়দা অমুক হল্লকখিদে। অমুক হন্না সেপ্তেম্বর তাং ১৯ দা অচৌবা বেলুন "মোন্টগোলফিয়র" হায়না মমিং থোনবা অসি ফ্রান্সকী নিংথৌ মহারানিগী মমাংদা থাগংখি। বেলুন-সিগী মথাথংদা শরুক্কা থুম্মোক অমা য়াল্লি। মসিগী মনুংদা য়াও অমা, য়েন্বা অমা, ঙামু অমা হাপই। অসুম্না অহানবা ওইনা বেলুন্দা অহিংবা জিবশিংনা অতিয়াদা পাইবা ঙমখি। মোন্টগোলফিয়ার অসিদা চক্তি ২৯ তুরবা ফিজিক্সিয়ান জ্যান ফ্রানকোইস পিলাট্রে ডে রোজিয়র কৌবা নিপা অমনা অহানবা ওইনা তোংহুনা পৃথিবীগী লৈমায়দগী ফুট ৮৫ য়াংলা ওক্তোবর তাং ১৫, ১৭৮৩ দা পাইব ঙমখি।





মথক্কী থুংয়েক :- জোসেফ মোন্টগোলফিয়রগী বেলুন।

মখাগী থুংয়েক :- পিলট্রেডে রোজিয়রগী বেলুন।

অস্তুম্না মীওইবনা পাইব্য-উম্নক্তপশীদমক চহি কয় চংনা হোৎনরকপগী অরামল ওইনা ড'স.দ' মিংকুপ্প থরদা ওইরবস্থু অহাংবা নুংশিংকী অভিযাদা লৈব্য ভমজবদা জজরকপা পুম্বা কাওথোক্লখি। করিগ্গু থংবা মীচম্ কয়া-া শাজরবুমদবা পুম্নমক হোৎনবনা লেপতবদগী মাংবক্তদর- তশেংন্নু খোঙ্কৈবহুদা ডক্লবা ফাওখি। কনাগুম্বনা পাইগুনি ক্লাবদা থেংগদরগী শঙ্গু-শঙ্গু লাক্লখি।

স্নোজিয়র কৌবা নিপা-অভনাশনয়্কী হৈ শিংবু তশ্বী-নবগীদমক মারকুইস ডা-অরলাণ্ডেস কৌবা নিপা অমগা লোয়ননা নবেম্বর ২১, ১৭৮৩দা পেরিষ্টকী মথক্তা মাইল ৫½ পাইহুনা লৈবা ভমখি। মারকুইসস্থু চপ চাবা যাত্রিকুম্না লৈরমদে। মহাক্লা থৌরিবা মীহুগী য়াথ-মতুংইন্না মোন্টগোলফিয়র গ্যাস থোরক্লবা মৈ য়াংহুনা বেলুন্দু নিংথিজনা পাইহল্লি অমস্তুং ভারকপা মতমদস্থু চাক্রিয়া মৈহু ভাকশেনহনা লৈবাযদা স্প্যানগুম্বা অথোৎপা অমগী মথক্তা ভাল্লনবা মতম কক্লা থোকহনখি।

শক ১৭৬৬কী মতুংদা ইংলিসকী কেমিষ্ট হেনরি কেভেন-দিসনা "মে চাক্তনবা নুংশিং" হায়না কৌবা গ্যাস অমা পুথোকখি। মহুবু হায়ড্রোজেন হায়না খংনখি। গ্যাস অসিগী চাং শরুক অমগা চুম্নগী নুংশিংকী চাং শরুক ১০ থোকপগী অমগা ল্লুম্বা চাংদম্নবদা হায়ড্রোজেন্না অভাবা অক্লম্বা লৈ হায়বসিদগী চার-লেসনা অমুক হন্না হায়ড্রোজেন্না অভিযাদা পোৎশক অমবু থাঙ্গৎনবা ওইনা বেলুন্দা শিজিনরগনি হায়না থংহল্লকখি। মতম থরা লৈরবা মতুংদা হায়ড্রোজেন্না থন্না হানজিনবা বেলুন অমা

লেপ্পা নস্তনা অতৈ উপায় লৈতে নত্রগা থক্কা রাংনা অম্মূমক কাথংখিবা তাই। মরমদি অশাবা মুংশিংনা নত্রগা হায়ড্রো-জেন গ্যাসনা থাগংপা বেল্‌নশিংদি মথকলোমদা কাথংখিনবতা হোংলমবনি। অদুনা বেল্‌নশিগী খোংচত্তা থুংহন্নিংবা মকমদা থুংবদা অরাইবা ওইদে। কবিশুম্বদা তোংনিংবদগী চংপা তার-বম্ভু মুংশিং কল্লা শিংপা ওইরপনা য়াংনা, তপ্পা শিংপা ওইব-গনা তপ্পা চংতুনা থাপ্পা চংলবদি হল্লকপা মতমদা খোংনা নত্রগা গাডী তোংহনা হল্লক্কে। রাকমসিদা চহি চা কয়া চংনা হোংলরকপা কয়ানা য়ৌশিনবা ঙম্মখিদে। অদুবু অতি-য়াদা থাঙ্গংতুনা মুংশিংনা হৱা মায়কৈদা পাইবদদি মপুং ফানা পাইবা ঙম্মরকখি।

ইংলিসকী থবক মচা অমা তৌরিবা সার গেওরজ কায়লের পাইবগী ইতিহাসতা থাইদগী চাওখংলবা নিপাশিংগী মমুংদা মহাকম্ব অমনি হায়বা য়াই। মহাক্না অঙনবা মতমগী ওইনা ১৮৩৭ তা গ্যসকী থাওশিংনা শাবা বেলুনশিংদা ষ্টীম লিকুইদ (মনিলগী মহি) হানজিন্দুনা ক্র্যাকট অমগী মওংদা শাহনা পুখোরকখি। মসি থৌবগী মতাংদদি পন্থাশিং অমদি স্টারিংসু পানবা ডিজাইন ওইনা তৌই। অদুবু মসি শাগংপদা মুনা থোকপা মরম্না পাক হেক শাগংপা ঙমখিদে। অদুবু ১৮৫০ দা পিএর্রে জুলিএন কৌবা ফ্রান্সকী নিপা অমনম্ভ ঘডিগী থবক-কুম্না শক্তি লৈবা মওংদা 'প্রিকুর জিওর' হায়না কৌবা অহান্না এয়ারশিপ (মুংশিংকী জহাজ) গী মওংদা শাহনা পুখোরকখি।

মথং ওইনা অভোপ্পা ফ্রেন্সকী নিপা হেনরি গিফফারনা মপুং ফানা হোরস পৱার ৩গী ষ্টিম ইনজিন্না পাঙ্গল পীবা এয়ার শিপ শারমই। অদুবু মদু খিজিক্তুং মায়-পাক্রমই। অদুম ওইনমক মহা ক্না এযার শিপ অদু ভোংদুনা পেরিস্টতগী ভারপ্লেস ভায়না পুংদা মাইল ৬কী চাংদা ১৮৫২ দা পাইবা ঙমখি। ১৮৮৪ দা রিনারদ অমসুং কেবসনা এয়ার শিপসিগী মওংদা বিজুলিগী শক্তি শিজিন্নদুনা 'লা-ফ্রান্স' কৌবা মেচিন শাদুনা পাইনবা হোৎনরকখি। অদুবু পাইবদা খর লুনা থোক্লবস্তু মহৈথংদদি হেক্না ফবা মথলগী এয়াব শিপ ওইরকখি। মেচিন অসি তুংলোমদা অমুক হল্লকপা ঙমই। ফুট ৮৫ শাংই। মসিনা মতমদুগী হেক্না চাওবা, ফরবা, পুংদা মাইল ১৪½ যাংনা পাইবা মেচিন ওইরকখি।

অস্নুম্না অমগী মথংদা অমা, হৈ শিংবা কয়ানা মথং-মথং ভয়বা অমদি ডিজাইনশিং পুথোক্লরক্তুনা মথল মথলগী মমিং থোন্নবা মেচিন কয়া যাংমক্তদা থেংনরকখি। হিরমসিদা ৱানা হোৎনজবা মদুগী মহৈদি চাবা ফংখিদ্রবা লময়ানবা কয়া অমম্নুনি। মথোয়শিংদগী ল না লংজিন নোংম নোংমগী থুমাং চাওশিল্লকখি। মী মীগী ৱাখল অমদি খনজিনবগী শক্তি অম্নুম অম্নুম হেনগৎলক্লবদা কনাগুম্বনা অচাওবম পাম্বদগী ফজবা ব্যবহার উত্তবা নাপল ৱাবা কয়াম্তু থোরক্তবা নত্তে।

শক ১৮৯৮ দা ব্রজিলগী অলবরটো সন্টোস দুমাউন্টনা পেরিস্টতা লৈবা মুপা অসি ইফান হানবা ওইনা এযার শিপভা





মথক্কী থুংযেক :- কায়লেগী মুংশিংকী জহাজ ।

মথাগী „ :- রেনারড অমসুং ক্রেবসনা শাবা এয়ার শিপ লা-ফ্রান্স ।

পেট্রোলগী ইঞ্জিন পানশিল্লবা হোৎনরকখি। অদুবু রাখল অদু চহি ৩ ফ্রেন্সকী সোসাইটিগী মথাদা নমশিন্দুনা লৈরবা মতু দা মায়-পাক্লা সেন্ট ক্লাউডতগী পাইশ্লগা ঐফকিল তৌরার কোয়-কুরগা মিনিট ৩০ গী মনুংদা হল্লকপা ঙমখি। মসিগীদমক মনা ওইনা ফ্রাঙ্ক ১২৫ ০০০ ফংখি।

মকুওইনা সন্তোস দুমাউন্টনী এয়ার শিপসিদা অশোয়বা হায়ববু মশা মউ পংলিং-লিংদবা হায়বদি মশোয়গী ইনভেলব অদুগী মনুংদা গ্যাস কয়ামকুম য়াওবা মরম্না অকায়বা ওইবদনি। অদুমকপু অশোয়বশিংদু লৌশোকুবগীদমক চাংয়েঙ কয়া তৌবদি লেপশুবনা অকবা ওইরকপদি ঙমখি। অতোপ্পা নাকল অম-রোমদা জরমনগী কাউন্ট ফরডিনাণ্ড ভোন জেপ্লেলিন কৌবা নিপা অমনা মথক্কী এয়ার শিপ অসিগা য়াম্না খেন্নবা ফরবা মওংদা এয়ার ক্র্যাফট অমা শারকখি। মসি য়াম্না হেন্না শাংবা ওইদে। মেচিন অসিবু শাবদা গ্যাস হাপ্লবা মফমদু তোংতাম্না থাতুগী ফ্রেম মনুংদা ফেব্রিক্লা কুপশিন্দুনা চেকশিন্না শেমই। ক্র্যাফট অসি ১৮৯৮দগী শাবা হৌরগা ১৯০০ দা মপুং ফানা লোইশিল্লি। অনৌবা ক্র্যাফটকী মওং লৌবা এয়ার শিপ অসিনা অশোয়বা করিস্থ য়াওদনা পাইবা ঙম্লবা নস্তুনা শাবদা চাদিং কয়া তৌখিবদু তাম্নবগীদমক প্রজাশিংদা লোটরি কয়াম্না তৌবা ঙম্লকখি।

জেপ্লেলিন কোম্পানিনা ১৯১০-১৯১৪ কাওবগী মনুংদা লম-চৎপা যাত্রিকী খোংচৎকী ওইনা কোন্সতাবস পাং, বার্লিন,

অদুগা অতোপ্পা জরমনগী সিজিশিংদা কোয়না পাইদুনা থবক তৌরকখি। মসিতা নওনা মতমদুদা থোরকপা লাল কয়াদসু শিজিন্নরকখি। অমুক হন্না অনৌবা মওংদা ফুট ৭৭২ শাংবা





মথক্কী থুংয়েক : জরমন্দা কাউন্ট ফরদিনান্দ ভোন জেপ্লে-
লিননা শাথিবা মেচিন জেপ্লেলিন।

মখাগী থুংয়েক :- গ্রাফ জেপ্লেলিন মেচিন।

"গ্রাফ জেপ্লেলিন" কৌবা এয়ারশিপ অমা অমুক শারক্লনা হেন্না ফগৎপা খোংচক্তা অতলান্টিক লাম্না পাইবা ঙমক্লনা চৎখোক চৎশিন্দ্ৰা হেন্না ফগৎহনবা ঙম্লকখি। অমুম্না মথং-মথং এয়ারশিপ ১০০-দগী হেন্না শাবক্লনা পাইবদা খুমাং চাওশিল্লকখি।

এয়ারশিপকী মওং নত্তবা অতোপ্পা এরোপ্লেনগী হিরমদনা ১৮৪২ দা বিলিয়ম সামুএল হেনসন্না এরিয়েল স্টিম কেরিয়েজগী মওংদা পুখোকখি। মহাক্লা হায়- "লণ্ডনগী সাইন্সকী মিউজিয়মদা মমিং লৈরবা সার জেওরজং কায়লেয় অসি এরিয়েল নেভিগেসনগী ফাদরনি" হায়না। মহাক্কী মোংশিং লৌরক্লনা হেনসন্না নুংশিত্তগী হেন্না লুপ্না মেচিন এরোপ্লেন অমগী ডিজাইন্দা শারক্লনা চাংয়েং মথং মথুং পাংখোবকখি। মসি শাবদা শেল-থুম য়াম্না চংবা মরম্না এরিয়েল ত্রান্শিং কোমপনি শেম্লক্লনা লাই খুৎয়েক কযানা ষ্টিম কেরিয়েজ কয়া পুখোক্লনা লণ্ডন্দা পিরা মাইদ অমম্বুং অতোপ্পা মফম কয়াদা উৎলক্লনা মীওই কয়াদগী খুদোং-চাবা ফংনবা হোৎনখি। অনিশুবা ওইনা হেনসন্না ফুট ২০ না বিং শন্দোকপা য়াবা মওং অমা ডিজাইন তৌখি। মওং অসি লণ্ডনগী সাইন্স মিউজিয়মদা থমক্লনা হৌ-জিক ফাওবা মীয়ামবু য়েংহন্দুনা লৈবি। অক্লবু মক্লদা মশিক চাবা ইঞ্জিন য়াওদবনা পাইবদদি খুদোং চাখিদে।

ফ্রান্সতা ঈশিং লাম্মীগী ওফিসার ওইবা ফেলিক্স ডু টেম-পলনা বিং অমত্তা পানবা (মোনোপ্লেন) গী হায়বদি বোদিগী নাকল অনিদা বিং শরুক অমমম পানবা, মমাংথংবা শরুক্তা





মথক্কী থুংযেক :- বিলিয়ম সামুযেল হেনসনগী এরিয়েল
ষ্টীম কেরিযেজ।

মথাগী থুংয়েক :- সার হিরাম মক্সিমগী অহানবা রেল-
গাড়ী ভালিদা চেল্লগা পাইখৎপা মেচিন।

পঞ্জাম্ব মতিক চানা অকবা মওংদা পানবা এরোপ্লেন অমা ডিজাইন্দ তৌরকখি। মতু শাগৎপগী মতাংদা য়াম্না য়াঙবা এলুমিনিয়মগী অনৌবা পোংচাকশিং শীজিন্নরদুনা ১৮৫৭ তা চাংয়েংখি। মখিনগী শক্তিনা ঘড়ীগী মোটোরগুম্না অহানবা ওইনা মুংশিত্তগী হেম্না লুপ্না ক্র্যাফট অদুনা মশামক অতিয়াদা থাঙ্গৎলদুনা পাইবা ঙম্লকখি। মতম কুইনা চহি ১৭ লোম লৈরবা মতুংদা মপুং ফারবা ক্র্যাফট অদু হৈ-শিংলবা নহা ওইরবা পাইলোট অমনা নিংখিনা চাক-শেন্দুনা পাইবা ঙমখি। অদুবু অয়াংবা খোঙচত্তা লাক্রবা মতুংদা মমায় লৈখ্রকখি।

রুশিয়াদা অলেকজেন্দর মোজশাইসকিনা ১৮৮৪ দা অচৌবা ষ্টীমগী মপাঙ্গল লৈবা মোনোপ্লেন অমা ডিজাইগু তৌদুনা শাখি। অদুবু মতু চহি ১০ লৈরগা ইংলেণ্ডদা সার হিরাম মাক্সিম (ইহান হাপ্না মেচিনগন পুথোকখিবা) না লাক্ত্রুনা থবকশিংদা য়াওরে। অদুবু মহাকশু পাইবদা মায়-পাকখিদে। অদুমকপু মেচিন অসিনা রেলগাড়ীগী ভালিদা মশা খন্দোক্ত্রুনা পাইনবা চেল্লম্লগ। অপ্পা অপ্প লুম্না ওলিক-ওনিক ধাংখৎখিদুনা পাইবদি ঙমখি।

ওক্টোবর তাং ৯, ১৮৯০ দা ক্লিমেন্ট অডের কৌবা ফ্রন্স কী নিপা অমন "এওল" কৌবা ফুট ১২০ থিংনা শন্দোকপা শোকফীগী মশাগুম্না শাগৎদুনা পাইনবা হোৎনরকখি। মসিনা মপুং ফাবা এরোপ্লেন অমগী মওংদা অহানবা ওইনা বোদিতুমক লৈমায়দগী থাঙ্গৎপা ঙমখি।

ঐখোয়না অভিয়াদা পাইবগী মতাংশিংদি ওত্তো লিলিয়ালথাল কৌবা জরমনগী নিপা অসি পনবদা মতিক চাববা হৈংশিংবা অমনি হায়না শিংথাবা য়াই। মহাক্না থবকসিদা ইঞ্জিন য়াওদনা মুংশিংকী শাযুদং শি,জমরগ পাইথংপা অপাইবা





মথক্কী খুংয়েক :- ক্লিমেন্ট অডেরগী ১৮৯০ দা' অহানবা লৈমায়দগী থাঙ্গত্তুনা পাইবা মেচিন 'এওল'।

মখাগী খুংযেক :- জরমনদা ওত্তো লিলিয়ানথাল-না অহানবা পুথোকখিবা গ্লাইদর।

মেচিন (গ্লাইদর) গী লমদা মথুং-মথং চাংয়েঙ কয়ামক্রম পাংখোকখি। মহাক্কী অনৌবা নিয়ম কয়া পানশিন্দুনা শাখিবা কয়ামক্রমশিংনা ক্জরবা এয়ার ক্র্যাফটকী ইতিহাস ওইনা লৈরি। মহাক্কী বিংশিংদি উচেক্কী রি গুম্না পানা পাক্কা শন্দোকপা খোইরু তৈরবা ফিনা ওই। চহি ৬ কী মনুংদা মহাক্না গ্লাইদর শিংশিং কয়াক্রম মায়পাক্না শাখি। মহাক্না শাবা ক্র্যাফটশিং মুংশিন্তগী হেন্না লুম্না ভাক্কনি। অতুমকপু মমাংগী চহিশিংদা শাখিবা পাইনবা মোচনশিংদগীদি মসিনা খুদোংচাবা হেল্লি। পাই-খৎনবগীদমক খুৎশেমগী চিং ফুট ৭২ রাংবা, ফুট ৭৫০ দগী হেন্না শাবা অমা শেম্না ভাই। চিংথক্তগী অতম্বদা চেনখনা পাই-থরক্নগা বোদিন্ত মাং অমদি তুং লাকল মেৎ ওই নোম-খোৎতুনা মুংশিংকী শাক্তু শিজিন্নফম লাইনা মওং খংনা শিজিন্নবা ভাই। মথক য়োরবদা নেমখৎ-নেমথা তেং তুনা মমায় চুমতুনা পাইবা ভাই। অম্মুম্না মওংশিং অসি লৌতুনা নিয়ম কয়া শেম্নকখি। অসিগুম্না বাখলসিনা মীওইবা জাতি হাযবদি পাইবা পাম্না মীওইশিংদা বাখলগী লংনা লংজিন অমম্লু পীবা ভমখি।

মথা ভাবা ওইনা ১৮৯৮ তা লিলিয়ানথালনা মহাক্কী গ্লাইদরদা অপিকপা ইঞ্জিন অমা পানশিন্দুনা আগষ্ট ৯ দা চাংয়েঙখি। অতুবু লাইবক থিবনা চাংয়েঙ অসিদা মশাগী চহিনা ৪৮ শুবদা নহা ওইনা শিখি। মহাক্না গ্লাইদরতু রাংনা পাইখৎলবা মতমদা বিংশিংগী বেলেন্স তৌবা ভম্নকখিদবদগী খুদোংথীবতু থোক-খিবনি। পাইরিবৈ মতমদা গ্লাইদর কায়তুনা শাখিনা শোকহন্দুনা

ঐশোয় খ্বাইগী মাংদ অচংবা নিপা অসি থরাই থাখি। অদুবু মহাক্কী অরোইবা শ্বর পুংশম ওংথবা বাখলগী চাংযেত অদুগী মতৌদি মখেক শে না ফংলে। শেম শ্যাগৎপা হিরম অসিদা খুমাং য়ালম্বা মহাক পুান্সনা পোম্বা ওইখি। মাগী থরাই-লুপ্পা পাম-জনা অরাবা কয়া পুল্লবা খুদোংথিবগী চৈরকশিদা মীয়াম্না পেল্লখিদে অমস্তুং হৌংনজবা অদুক কনবদু তমজনিংঙাইনি হায়না ফোংদোরকখি। অদুম্না মাগী মাগী অকায়বা থক্তিক্তংদা হৈখোই-শিংখোইরবা মীওই কয়া লিলিয়ানথালদা নত্তনা থরাই মাংখি-দবস্থু নত্তে। অদুবু ঙশিগী কিনিংঙাই ওইবা হিরমশিদা অস্তুক চাওথংলক্লবা অ সবু তাল্লকপদা মী কয়ামুক্কী থরাই থাবমগদগে হায়রবদি নিংশিংবগী রাংমদা লে।

শক্রাইরবা লিলিয়ানথালগী মরু ওইবা পাইনবা নিযমশিংদি ইংলেণ্ডদা "পেরসি পিলচের" অমস্তুং অমেরিকাদনা "ওকটেব চান্নুটে" অসিনি। অনিমক য়ান্দুনা পাইবা মাইদর ঙাক্তনি। পিলচেরদা মহাক্কী অনৌবা ডিজাইগু অমদা থাওগী হোরস পবার ৪ গী ইঞ্জিন পান্দুনা পাইনবা হোৎনকুবদগী মহাক শিখিবনি। অদুগা চান্নুটে অসিদি মহাক্না নৈম্নবা ওইনা বিং অনি পানবা (বাইপ্লেন বিং মথক মখা অনি পানবা) ওইনা শাবনি। অসিগুম্বা নিযম কয়া পানশিন্দুনা শাবা ডিজাইন কয়ামক্তুম মহাক্কী লাইরিক "প্রোগ্রেস ইন ফ্লাইং মোচন" হায়বাসিদা খোমজিন্দুনা য়াওই।

চানুটেগী মতৌশিদগী লিলিয়ানথালগী নিয়মশিংবু নহা ওইরিবা ডায়টোনগী সাইকল শাবা ওহিও মিংনা "বিলবর





মথক্তা থুংয়েক :- লিলিয়ানথালগী নিয়মদা আমেরিকাদা পাই-
খিবা চানুটেগী মান্দুনা পাইব গ্লাইদর।

মথাগী থুংয়েক :- ডায়টোনগী সাইকল শাবা ওহিও বিলবর
অমসুং ওরভিল্লে রাইট মচিন মনাওনা
পুথোকখিবা রাইট নম্বর – ২।

অমদি ওরভিলে” হায়না কৌবা রাইট মচিন মনাওনা খোমজিন্দুনা লৈনরকখি। মখোয়না পাইবগী মরমদা নিয়ম অসিদগী অশেং-বহু থংখি। অহৌবা ওইনা পাইলট য়াওদব। গ্লাইদর অমা তেলঙ্গাঙ্গুম্বা ভরাশিংনা পুক্কি ওইহুনা পাইননবা শেম্লমক। থুনমক থবক্তা গ্লাইদরহুবু ঙাক্কনা পাইহল্লবগী রাথলগা লোয়-নরহুনা মকুওইবা গ্লাইদরগী শরুক খুদিংদা মওং মথল কয়াদা লৈনৈ। মহুদগী ফংলকপা জ্ঞানশিংনা মশামক্তৌ য়িংগী কা-থল কয়া শারহুনা হোংলৈ। অদুম্বা থরাই লুপ্পা হোংনরবা মতুংদা ১৯০২ দা মায়-পাক্কা পাইবা ঙমখি। মথংদা মখোয়গী গ্লাইদর হুদা ইঞ্জিন পানশিন্নবা থৌরাং ভৌরক্লমই।

রাইট মচিন-মনাওগী মমাংদা লৈরম্বা গ্লাইদর কয়াদগী অনৌবা মখোয়গী গ্লাইদব অসিনা ফবা হেল্লক্লমই। ১৯০২-'৯০৩ গী মনুংদা গ্লাইদর চা কয়ামক্লম শাহুনা পুখোকখি। মখোয়হুগী মনুংদা থ্বাইদগী চাওবা মওংদি ফুট ৩২ গা ইঙ্কি অমা শন্দোকপা য়িংশিং পানবহুনি। মসিগী ঙাকশেনবগী মওংদি মাং-থংবা শরুক্তা হাপ্পা ইলেভেটরনা রাংখংপা মতমদা মথকলোমদা বোদিহু রাংখংপা, নেমথবনা বোদিহু মথাদা কুমথবা ওইনা শিজিন্নবা মওংদা শেমই। পুক্লিশিং ওইবা ভরাশিংনা হাই-দোক-হাইজিন য়াবা কেড়লশিংদা পুনশিল্লি। অহুগা খোগ-দৌরিবা পাইলটনা মথা-থংবা য়িংগী ময়াই কম্বাক্তা হিপ্লগা লেং-খোং ভৌহুনা শরুক খুদিংমক ঙাক-শেন্দুনা লৈগনি। তুং-ওইবা মমৈগী শরুক্তা ফিনশিং নপশিন্দুনা মায়যোক্লবা মায়কৈদা

মমায় লৈরবা ওইনা শিজিনৈ। হিরমসিদা হেল্লা ফবদি ফিন-শিংগী মরুম্ভা নামতমক লেংবা রাদর শিজিন্নবস্ত্র কায়দে। রাদর অসিদি ময়ুংদা লৈরিবা হাইবা য়াবা মচৈ অমদা ফাজিল্লে। রাদর অসিনা ফিনসিদগী থুনা মমায় লৈবগী মভাংদা খুদোং চাবম্ভু ফংই। মসিনি রাইটশিংগী অনৌবা নিয়মশিংচু।

রাইট মচিন মনাও অনিগী মমাঙ মতমদা সমিথসোনিয়ন ইনসটিটিউসন গী ফাওরবা সেক্রেটরি সামুএল পিএরপোন্ট লাংলেয় কৌবা নিপাসিনা অহানবা ওইনা মহাক্কী হৈ-শিংবদু ১৮৯৮ তা হোরস পরার ২ গী স্টিম ইঞ্জিন পানবা ফুট ১৬না শন্দোকপা রিং পানবা অমা এরোপ্লেনগী মওং শারদুনা মাইল অমগী তংখাই পাইদুনা মায় পাকপা ঙমলে হায়না উংখি। ইয়ু: এসকী লানগী ডিপার্টমেন্টনা মাঙোন্দা মদু শাবগীদমক মনা ওইনা ডোলার ৫০০০০ পীখি। অদুনা নাকল অমদা নত্রবস্থ অমদদি পাইবগী মাইকদদি চাংয়েঙবা লেপ্লমদে। সামুএল মশামকস্থ হিরমসিদা ইকাই খুম্নবদা নত্তুনা মতিকচাবা মীওই অমনি হায়না শিংথাই। মথ দা হারগী মওংচু চেকশিন্না অশোয় অঙাম নৈনরবা মতুংদা চপ মানবা মওংদা 'এরো'ড্রোম' হায়না মমিং থোনবা এরোপ্লেনগী মওংচু শারমই। মদুদা হোরস পরার ৫২ গী সিলিন্দর মঙা পানবা পেট্রোল ইনজিন পাল্লি। সিলিন্দর-শিংচু থরানমিচাক্কী মও' মাল্ল ময়াই লংবা ক্রেঙ্কতগী শন্দোকই। অসিগুম্বা এরোপ্লেন অসিগী ইঞ্জিন অসি চাংয়েঙ পাইলোট চবলেস মানল্লিনা ওইখি হায়দ্রিবা এরোড্রোম অসি ওতোমাক তুরেন্দা লৈবা

মওং চানা শেম্নবা হিগী য়ুমদা অনিরক থুংবা ঙমখি। অদুগা অহানবগী হৌরকফম ওইনা ওক্তোবর ৭, ১৯০৩ দা পাইবদা রাংনা য়ুংবা পোষ্ট অমদা ঋৈয়শিন্দুনা তুরেল মন্নুংদা তারমই। ডিসেম্বর ৮ দা মানলিনা অনিশুবা ওইনা পায়খংলি। অদুবু অমুকন্তু হন্না এরোড্রোমগী মথৈ অদুদা পিযর শোযবদগী এরো-ড্রোম কায়দুনা ঈশিংদা লুপশিনলমই। মতাং অসিদা লাংলেয় না খল্লহন্দি এরোড্রোম্না ঈশিংগী ঈমায়দা থুংবদুনি। অদুবু হিরম অসিদা নিংবা কায়বা ফংলবা চহি ৬৯ শুরবা লুচীংবা অসি চাংয়েঙ খাদোকখি। চহি কয়ামরুমগী মতুংদা লাংলেয়গী ইতিহাসদা মখোয়গী মচুং ওইনা অমুক এরোপ্লেন পুথোরকখি। লাংলেয়গী এরোড্রোম ১৯০১ দা পাইখি।

রাইটশিংনা অনৌবা 'ফ্লায়র' কৌবা এরোপ্লেন অমা শাদুনা পুথোক্লমই। মসিগী রিংগী শন্দোকপনা ফুট ৪০ ইঞ্চি ৪নি। মমাংথংবা শরুক্তা লৈবা ইলেভেটরদু অনিথোক্লা খাযদোকই। মনিং থংবদা লৈবা রাদর অদুস্তু অনিনি। মতুদা হোরস পরার ১২গী সিলিন্দর ৪গী ইঞ্জিন পাল্লি। ইঞ্জিনদগী পুরকপা চেলদু-না পংখাদা শমই। অদুগা মখা থংবা সাইকলগী ভউংবা চকাগী হবশিংনা লৈবা য়াম্লনবা, চেম্লনবা শেমই। পাইলোটকী লৈফমনা মখা থংবা রিংগী ফম্বাক্তা হিপকনি। মহাক্কী হিপশিংনা ময়ুংদা লৈবা কেডলশিং অমদি রিংশিংবু ঙাক-শেন্দুনা পাইবা যাম্লনবা নিংথিনা ডিজাইন তৌদুনা শাগংলমই। অহানবা ওইনা রাইট-শিংনা ফ্লায়রদু চিংশিংদা শৈবা কিত্তি হারক অরাং অমেরিকাগী





মথক্কী থুংযেক :— সামুএল পিএরপোন্ট লাংলেয় গী "এরোড্রেম"

মখাগী থুংযেক :— রাইট মচিন-মনাওগী চাংয়েঙ ফ্লায়র মেচিন।

মনাক্তা কিল ডেভিলদা ওক্টোবর ১৯০৩ দা থারমই অমত্তুং মায় পাক্রমই। মতম অমুদা চাংয়েংদা মায় পাকখিরবা লাংলেয়না হিরমশিংমু মায় পাকপা ঙমলে হায়না থংহল্লকখি।

মথা তাবা ওইনা অভোপ্পা মওং অমগী প্লাইদর শারমুনা চাংখেঙবদা মায়থিবা হায়বমু খেংনখি। ডিসেম্বর ১৪ দা রিলবুরনা ইনেক্ষেটর থুনা খপতুনা লেংননবা ভোক্রুই। অমুবু ক্লাওরমু ভংথায়তমক থাঙ্গংলম্নগা পাইখংপা ঙমদনা নৈমায়দা নৈরমই। মথং ১৯০৩ গী ডিসেম্বর ১৭ কী অয়ুক পুং ১০-০৫ তাবদা ওরভিল্লে রাইটনা চাংয়েঙ পাংথোকখি। খুদক্তা অঙকপগা লোয়ননা ফ্লায়রমু সেকেণ্ড ১২ পাইদুনা ফুট ১২০ লোম লাপ্পা চংপা ঙমখি। অসুম্না মায় পাক্রবদা ডিসেম্বর ১৭, ১৯০৩ গী মনুংদা মচিন ২নাওনা মথল মরিগী পাইনবা (২ চিন শারক্রই। মরিশিগী মনুংদা অহানবগী ওইনা চাংয়েঙবদা সেকেণ্ড ৫৯ পাইদুনা ফুট ৮৫২ গী অরাপ্পা চংপা ঙমখি। মসিগীদমক চহি মরিগী ওইনা পুন্না ডোল্লর ১,০০০ চাদিং তৌই। হায়রিবা চাদিংশি তৌবদা সেকেণ্ড ৯৭ পাইবা ঙম্না ফ্লাইট অমা ফংই। মখোয়না পুখোকপা ফ্লায়র—১, রিলবুরনা চাংয়েংবদা নৈমাযদা হেক থুংলবা মতুংদা নুংশিংকী শাক্তদগী খুদক্তা কায়খি। অদুবু হায়না কুমথহৌবনা রিলবুরগী থরাইদংদি কনহৌই।

অসুম্না ফ্লাইট কায়খিবগী পাওশি প্রেসকী ইডিটরশিংদা রাকংনবদুনা মীয়াম শিনথুংনা থংহল্লদুনা রাইট মচিন মনাওবু তাখিনা তাংবিবা হৌরকখি। তাল্লক অদুদা রাইটশিংনা হেন্না

ফবা মথংগী গ্লাইদর নম্বর-১ পুথোক্লে হায়না খবর চেশিংদা থংহল্লখি। ইকুই কুইদনা মীয়াম মাংদা অফিশুব গ্লাইদর পুথো-ক্লনা মায়পাক্লা পাইবা ঙম্লগা লোয়ননা মহাকী মতুং নুমিৎ ১৯ নি লৈরগা গ্লাইদর-৩ শাখি। মসিনা অক্টোবর তাং ৫, ১৯০৫ দা মাইল ২৪ লেপত্তনা পাইবা ঙমখি। অদুবু ইউ: এস: কী ওরদিনান্স অমসুং ফোর্টিফিকেসন বোর্ডনা রাইটশিংগী হোজিক ফাওবদা পুথোকখিবা লৈচিলশিংসিংনা ওপরেটর অমা পুদুনা ওপরেসন মতিক চানা তৌবা ঙমদবাস ফাওবা হায়নরকখি। অচুম্বক অখন্নবা হৈলোই-শিংলোইবা পাইলোট অমদি ওপরেসন মেকানিক যাওদবগী রাশম তসি থংখিবনি হায়রগা মশোয়না থংলমই।

অক্টোবর তাং ২০, ১৯০৮ দা এয়ারশিপ শাবা সন্তোস ডুমাউন্টনা মহাকী ১৪ বিস হায়বা কৌবা ব্রিশিং, বোদি অমসুং মাম পুম্নমক ডুপু চনব লেংজাগী মও মাংবা ক্র্যাফটনি। মসিগী মও অসি ১৮৯০ দা অস্ট্রেলিয়ানা লাওরেন্স হারগ্রেভনা মপুং ফাহনখিরমই। মহাক মশামক্তা ১৯০৮ দা অহানবা ওইনা শাত্না পুথোক্লমই।

হেনরি ফারমেননা মনা অইবা ফ্রাঙ্ক ৫০০০০ জনুয়ারি তাং ১৩, ১৯০৮ দা ফংলে হায়না থংহল্লকখি। অসিগুম্বা মনা অসে ফংবগী মরমদা (বোক্স কাইট) ডগী ডেলাগ্রাঞ্জদা মমাংও ঙবগী ইলেক্ট্রিক ফিং অফি পাংবা (ব ইঞ্জিন) ভে ইসিংদু তোংদুনা কিলোমিটর অমগী অকোয়বদা পাইবা মপুং ফাখিবগীনি। অদুগা মহাকা অমেরিকাদা লৈবা ওবক্তা শরুক যাখিন্নবা প্লেন

কর্টিসনা আমেরিকাগী সাইন্সকী মেগাজিনদা থোইদোকপা মনা অমা পীখি। মনা অসি পীখিবগী মরমদি মহাক্কী হোরস পবার ৪০ না পাঙ্গল পীবা জুন বগ কৌবা প্লেনদু জুলাই ৪, ১৯০৮ দা মাইল অমা নক্না পাইবা ঙমখিবগীনি।

অদুগা চিং অমথক্তা পানবা (মোনোপ্লেন) শিং পুথোক্নবগী মওংদি শেমখিবা অমদি পুথোকখিবা মীওই অদু লোউস ব্লেরওৎনু





মথক্কী থুংমেক :- সন্টোস ডুমাউন্টকী এরোব ক্র্যাফট ১৪ বিজ।

মখাগী থুংমেক : হেনরি ফারমেনগী ভোইসন বাইপ্লেন।

মাঁমং পনবা য়াই। হাক্লা অহানবা হৌরকপদা ১৯০৯ দা বিহমসঙ' ক্র্যাফট ওং'না পাইরিবদা ক্র্যাফট ক'য়খিবা মী-শক অমনি। কায়খিবগী মতমদি মঙোন্দা অঙকপদি ওইখিদে। ঙকপগী মঙগী হেন্না ফবা লাম্বা ফংদবা রাখল ফংনিংঙাইনি হায়না শনখি। মথংদা মতাংক্রা মায পাক্লা পাইখিবা ক্র্যাফট-শিংগী মপুং'দা থম্বা যাবদি মাগী খুৎ-শা হৈবা, লৌশিং অমসুং থৌনানি। মতমগী নৌশিংনা মাবু এভিয়েসনগী লমদা মঙোন্দা ইচায় পুম্নবগা লোয়নন নিংশিংঙনবা লৈবগনি হায়না শিংখানৈ। অদুগা মতমগী যাম্না থাগংনি ঙাক ওইবদি পাইবগী হিরমশিংদা মশামক্তা পুথোকচদুনা থাপ্না পাইদুনা চংপা ঙম্না কনাগুম্বা মীওইদা মনা ওইনা মখল করা ঙক্নবশিনি। অদুনা মনা অমসুং মিংচৎ পাম্না মীওইশিংনা অথুম্বব মনাশিং কয়া ফংলবা হোৎন-বকপদগী, হেন্না ফবা মওং দা পুথোক্লবা ওইরকপদগী থুনা চাওখৎলক্লবগী মতম ওইরে। নিংথিগী ওইবা মেলদা লৈবা মনাশিং এঃ ভি. রো'এন' ১৯০৭ ত অহানবা ওইনা ফংই হায়না খবর চে কয়াদা মথং-মথং ওইনা ফোংদোকখি। হায়রিবা মন শিং সি শিনিং ১০০০ ওই। মনাসি পীবগী মরমদি এরো-প্লেন, ইংলিসকী কেনেল লান্না অহানবা পাইবা ঙম্না পাইলোট ওইবদগীনি     মচুগী মংদা লংনদগী মানচেষ্টর ফাওবা এরোপ্লেন্না পাইবা ঙম্না কনাগুম্বা অমনা হেক্তা ফংবা যাগনি অমসু হোইচেল কপ মনা অহানশিং ১০ ০০০ শেম শাবে হায়না লাওথোক্লকখি। অদুগা পাইগদবা অকত্তক মতমদি পু• ২৫ গী

মন্নুংদা থুংবা ঙম্বা পাইলোটতুনা ফংগদবনি। অসুম মনা কয়া থমহুনা চাংয়েঙ কয়াদা থুমাং চাওশিল্লবা হাংনরকখি। অদুবু থবর চে কয়াদা খংহনগ্রবস্ম মতুং মতম শাংনফাওবা কনামহুনা ঙম্ররমদে। ইডিটর কয়ামক্লম্না ব্লেরিওৎপু তাথিনা শন্দোকপা হৌরকখি। চিংনবা অমনা ওক্তোবর থা ১৯০০ দা কনাগুম্বনা ব্লেরিওৎনা চাংয়েঙ ওইনা কেনেল লাম্নবা বাখলদা মাইল ২৫ $\frac{1}{2}$ পাইখিবরা হায়বসিদা হংনবা য়াওরকখি। অদুবু মতম অদুদা ব্লেরিওৎ তুমিন্না ঙমদ্রে হায়হুনা নৈশরমদে। মনা মখল অদুমগী লেম্মিংশিং শাবহুনা চাংযেঙলমই। অদুমক ওইহুনস্ত মাযপাক-পদি ঙমখিদবে। অসিগুম্বা মনাশিগী চাংয়েঙদা ব্লেরিওৎ মতোমতনা চোংনবদি নত্তে। অতোপ্পা নৈহপোই শিংথোইবা কয়ানস্ম শকুক য়াখি। মথোযতুগী মন্নুংদা ব্রিটেনগী মীওইশিং, ইউরোপকী মীওইশিংনস্ত শকুক যাখি। অদুবু থোইদোক্লা মাঙপাকাখদে। ব্লেরিওংকী মমা' থাবা ওইনা তুরুট লথাম কৌবা নিপা অমনা "এন্টোইনেট মোনোপ্লেন" কৌবা ক্র্যাম্পট তোংহুনা জুলাই ১৯ দা শারহুনা পুথোরক্লমই। লথাম্না পাইবা হৌরকপা মত দা' কনা-গুম্বনা হাযখিবা মহাক্কী পুন্সি চৎ অমত্তা ঙ ইরে চাযবহু নিংশিংলহুনা হাযখি— "ঐহাক নিংথিনা মুংঙাইনা থিংবা হায়বসি য়াম্না থুদোং থিরে" অস্সুম্না। মদুমক ওইহুনস্ম মহাক মশাবু কল্লনবা হোংনক্লদনা মহাক্কী এয়ার ক্র্যাম্পট কেনেল লাম্না পাইনবা মীমাং থোরকখি। মহাক্লা ফ্রান্সতগী মাইল অনিতমক পাইরক্রবা মতুংদা মশাগী থুদোংথিবা কয়ামক্লম হকথেংনবা হৌরকলমই।

অদুবু খুদোংথিবদগী ইনজিন শাগৎলকপা, ইংজিনবা শক্তি য়াওদবনা মহাক নিংবা কায়না হল্লকখি। মহাক্না অমুক হন্না চাংয়েংত্রিবগী মমাংদা ব্লেরিওৎনা বাকুইসত্তগী কাম্পাইসকী মনাক-নক্তা জুলাই ২৫, ১৯০৫ দা পাইখি। অদুবু খুদক্তা খুদোংথিবা অমা থেংনখি।



মথক্কী খুংযেক: ব্লেরিওৎনা কেনেল পাশবা অহানবা হোৎনা-থিবা মোনোপ্লেন ব্লেরিওৎ ৯।

মখাগী খুংযেক: হুব্রট লথামগী এংটোইনেট।

মতুদি মহ কী ক্র্যাফট অতুদা মাথৈ তাকপা কম্পাস য়াওদবশিনি। অদুমক ওইদুনম্ম ঈশিংগী ঈমায়দগী মুট খরভমক রাংথংনা রাথল চোয়দনা পাইরকপদা কেনেন্নগী ময়াইমক যোয়রকপদা মহাক্কী লম্মী মাংলমই। খুদক্তা মহাক্কী অনজানি ইঞ্জিন হোরসপরার ২৪ গীদু খুদোং ফিবগী মথক্তা শাগংলক্লমই। তক্তা অতুদা মশা অমাদ মাগী ক্র্যাফটপু কন্ননবগীদমক উপাই থিরদুনা ডোযর কাষ্টলগী ভুং ওইনা লৈবা লমহাং অমগী লৈমায়দা পাইথবক্তুনা থুংলমই। অদুবু মতম অনিফাওবদ কনাশুম্বা অমত্তুনা মনা অসি ফংবা ঙমখিদ্রে। ব্লোরওংনা অমুক হন্না এরো ইঞ্জিন অমগী ডিজাইণ্ড তোরগা হোরস পরাব ৫০ গী "গ্নোমে ইঞ্জিন পান-শিন্নবা ফ্রান্সতা হোংনরকখি। মহাক্না হিরম কয়াদা কুপ্পা নৈনরবা মতুংদা গ্নোমে ইঞ্জিন শানবগীদমক মওং কয়ামক্তম লৈ হায়না খনজিল্লদুনা রাথল তুংশিল্লমই। ইঞ্জিনগী শরুক্তা য়াওরিবা শরুকশিং "অউংবা ইঞ্জিন কয়েলো, কয়েম্বা মওংদা কোইরোং খোয়ড্রাংবা মখোকশিং পানগদগে, অদুগা শিন্নবগী মতোংদনা কমদোব।" হায়বা রাহংশিং অসি তত্তাইফদনা চংই কল্লমই। লৈথোক লৈশিন য়াবা হেডল পানবা মচৈদু নুংশিংনা ক্রস্ ফ্রেম (এ'ার ফ্রেম) দা পুনশিল্লমই। শিলিন্দরগী অকোয়বদা অইংবা নুংশিন্তা পংখানা উংবা মরম্না মতম পুম্নদা ইঞ্জিন শাগং-লক্কনবা মওং শেম্লমই। অদুগা শিলিন্দরগী মপানথংবা শরুক্তা য়াওবা কাষ্টর থাও অদু চাং হেন্না হাপচিল্লমই।

অমরোমদা ১৯০৯ গী এরোপ্লেনশিংদা মমিং পনবা য়ুবা

প্লেন্দি ভোইশিন বাইপ্লেং নি। বিহৃমসদা পাইখিবা মেচিন ২৩ গী মনুংদা ৭ তি ভোইশিননি। অদুবু হেনরি ফারমেন্না ভোইশিন্দা ৫০ এইচ পি গ্নোমে ইঞ্জিন পানশিন্দুনা পাইবদগী চহি কয়া চংনা হোৎনজনা ফংবা চেম্লক্রবা অচৌবা মনা শিলিং ১০,০০০ ফংবা ঙমখি। প্লেনশিগী মওংদি এযাব ক্র্যাফট মওংদা শাবনি। মনা অসি ফংখিবা পাইলট লাউইস পাউলহাননা ক্র্যাফট অদু লণ্ডনদগী ম্যানচেষ্টর ফাওব পুং ১১ তা চংনা এপ্রিল থাদা ১৯১০ দা পাইবা ঙমখি। চৌদোক অসি অহানবা ওইনা হাফনখিবা অককনবা মতমদগী ভংথাই ঙনথংনা থুংবা ঙম্নদা মীপুম থুদিংনা ঙক্না থাগৎনখি।

গ্নোমে ইঞ্জিন শাবদা পারেং তনিগী শিনিন্দবশিংদা ১৮-এইচ পি দা পাঙ্গল পীনবা মওংদা শাই। অহানবদা মসিনা ফজনা শেম শাবা যাবা মওংদা অতোপ্পা পাঙ্গল কল্লবা অমত্তা ওইবা ইঞ্জিনশিংদগী হেন্না হায়না নৌইন। অহানবা ওইনা ১৯১১ দা পুথোকপা টুইন ইঞ্জিন্না ইঞ্জিনশিংদু থোইবিবা পাইলোটকী মাং অমত্তং তুংদা পাখি। বশিযাদা ইগোর সিকোরসনা লেগ্রাণ্ড কৌবা ইঞ্জিন মরি পানবা এরোপ্লেন পৃথিবীগী মনুংনা অহানবা ওইনা শারমই। মসিগী মথং তাবা ওইনা ১৯১৩ দা ইলিয়া মোউরে মেন্টজ কৌবা প্লেন অমা শাখেই। মসিনা ফিউজেলেজ গী অনোইবা শরুক অমত্তুং মথক অমদা মীশিংনা অপাইবা মওংদা কোপবা যানবা শরুক অমা হাপই।

চহি কয়া হৈবা মতুংদা খং-হৈবা মীওই কয়ামক্না

ইঞ্জিন মশিং হেন্না পানশিন্দুনা মপাঙ্গল লৈরবা, হেন্না ফরবা এরোপ্লেন কযামরুম শাগত্নুনা পুথোবরুমই। রাখল ফবা মীওই কয়াগী পুন্সি কযা ঙিরম অসিগীদমক থবাই কংপ্রবা মতুং ১৯১৩ ফাওবদা পাইবগী ঙিরমশিংদা ফজনা চাওখংলে হায়বত্থ খংনরকই। অহুব ভাবনা শাগংপা মওং মথন্দ মথল লেন্দ্বা মীগী মশিংদি



মথকী থুংয়েক অসি: ইগোর সিকোরসকিগী ইলিয মোউরা মেন্টজ।

মথাগী থুংয়েক: ক্লাউড গ্রহাম গী কারবানক্ষ।

য়াম্‌দে। মীপুম খুদংমক হিরমসিদা খংত্রবম্ম, পাইবগী মেচিন-শিংগী হৃরমদা পৈবা নিয়মশিংদি পুখোকপা লেপত্তে। ক্লাউড গ্রেহাম হ্বাইটকী 'কারবাক্ক' তোংহুনা হেন্দোন এরোড্রোমদা পুংত্তাইবগী মঙংদা থোরমই। মিং শম্মোকপগী অশাংবদি ফুট ৬২ ইঞ্চি ৬ নি। পঙারনা ১২০-এইচ পিগী ইঞ্জিন পাল্লি। মসিদা যাত্রিক মাপল পুত্থন অক্টোবর তাং ২, ১৯১৩ দা মিনিট ২০ পাইবা ত্তম্রমই। পাইচোটাশিংনা যাত্রিক পুত্থনা অভিয়াগী লম্বীদা চৎপদা এরোপ্লেন অসি পুখোরকপদগী মসিনা জেপ্লেলিন কায়বা মুংশিংকী জহাজত্থগী মহুৎ শিল্লকলগনি হায়বদা চিংনবা থাদোক্রমই।

নোংথক্কা পাইরগা কংফান্দা তাবা অমুক কংফান্দগী পাইখৎ-পামদি নোংম নোংমগী ফগৎপা মওংদা চাওখৎলকখি। অত্থগা অতোপ্পা মওং অমদা ঈশিংদগী পাইখৎপা, ঈশিংদা অমুক তাবা হায়বশিদম্ব খন্নবা হৌরক্রমই। হিরমসিগীদমক "তাওত্থনা পাইবা" সমুদ্রগী প্লেন অমদি বাটরপ্লেন হায়না মমিং থোনবা অপাইবা মেচিন কয়ামক্রম পুখোরকখি। লমসিদা অহানবা ওইনা অতাওবা কেরিএজ অমগী মথক্কা ফ্রেন্সকী নিপা হেনরি ফাব্রেনা মার্চকী তাং ২৮, ১৯১০ দা মাবত্তিগুসতা পাইবমই। মথংদা আমেরিকাগী প্লেন কুবটিসনা বাইপ্লেন্দা কাংখোংশিং ঈশিংদা তাওননবা কেরিএজ অমগী মথক্কা পানশিন্দুনা ঈশিংদগী হৌরগা কংফান্দা তাবা যাগ্গনবা হোৎনরক্রমই। মপুংফানা শাবা লোযরত্থনা চাংহেত্তবদা ফজনা মাযপাকখি অমম্বুং পৃথিবীগী মফুংদা অহানবা সমুদ্রগী প্লেন (সিপ্লেন) হাযনা মমিং থোল্লহুনা শক-খংখি।



মথক্কী থুংয়েক :- হেনরি ফাব্রেগী ইমায থক্কা ভাওতুং পাইবা অহানবা সমুদ্রগী প্লেন।

মখাগী থুংয়েক :- প্লেন কুরটিসনা খুদক্কী অগুবদা কফন জ স্নং সমুদ্রদা ভাবদা খুদোং চান্নবা পুনোকখিবা সিপ্লেন।

প্লেন অসি পাইখিবদি জনুৱারি তাং ২৬, ১৯১১ দনি ।

অসুম্না কংফাল অমদি ঈশিংনা অপাইবা মেচিনশিংগী হৌফম অংদি থু ফম ওইদুনা পাইবা ঙম্লকখি। ঈশিং অমসুং কংফাল অনিমক থুদোংথিবা তাক্লনি। অদুবু ঈশিংদা থুংবা তাংবসি খর লুনা থোকই অমসুং চিংনিঙ্ঙাইদা হায়দুনা খল্লমই, হোৎনবা শাবা, চা হেংবা, হাৎপশিনা লেপত্রবদা মায়থিবা, অমদি মায়পাকপা অনিগী মরক্তা নৈ-ববসু মতম অসিদদি শুন্দ্রংদা পাইবদা খরমৈখদি জয় তৌবা ঙম্লকখি পাইনবা মেচিনশিং পুথোবকপনা মরম ওইদুনা থাপ্না চংপ ঙমন্দবদু ঙম্লকপতা নত্তনা লংথোক্না থিজিনবা কয়াসু খর মখৈদদি অমত্তা তাইব্রবা উপায় ওইরকখি।

রেবিওংকী নিংথমশিংনা শাবা বুপ্পা নৈনরগা ফগৎহল্লবা এয়ার ক্রাফট অমসুং ইঞ্জিনশিংনা কেনেল লাম্না পাইবা ঙমখরে। অদুগা প্রজাগী খোংচত্তা মরুওইনা কাপ্রবা কযাম্না ফংহল্লে। অসিগুম্না কাপ্রবা কয়াম্না তুংগী মতমদা ফংলকখিগনি হায়বা খাজবম্না লৈ। অনৌবা পাইবা ঙম্লবা ক্রাফটশিংদ থুনমক নোংমৈশিং পানশিনবা অমসুং বোম কাপথক্নম কযাম্না পানশিনবা হৌরকখি। অদুবু লানগী মতমদ অমাং অতা থোকহল্লকপা কয়াদি লাইরিক অসিগী রাংমদা নৈনদে। অদুনা মরুওইনা এরোপ্লেন্না নৈবাক অমদা শা তু হেন্না গন্নদা কংথোরব্রমই।

অচানবদা প্রজাশিংগী থবক্তা শিজিন্নরিবা এরো প্লেন অসি পোং থাদোক থাজিন্দা ১৮৭০ দা বেলুননা পেরিসতগী মপান্দা

ভৌবা অহুগী মতম্তা ১৯১১ গী ফেব্রুয়ারি থাদগী থবক খুমাং চাওশিনবা ঙম্লকখি। চাংয়েং উৎপা ওইনা ভারতকী এলহাবাদ হায়না কৌবা মফম অমদা হৌখিবনি। কেপটেন বালটর বিন-থাম্মা হম্বর বাইপ্লেন্দা ফ্রেন্সকী পাইলট মমিংনা হেনরী পেকুইএডতা ভোংনবা হায়রম্মই। বিনথামগী খুজিল থোরাংদা ভারতকী চিঠি থাদোক-থাজিন ভৌবা অনৌবা এভিয়েসনগী ষ্টামপ শারহুনা অহানবা পোষ্ট ওফিসতা ইউ পিগী মেলাদা উৎখি। অহুগা অম-রোমদা পেকুইএডনা মেলগী থাওজাও কয়া পুহুনা মেলাদা অমুনা তুরেল লান্দুনা নাইনি পোষ্ট ওফিসতা থাদখি। অম্মুম্মা চৌঠি অমদি পোং পুথোক-পুশিন্দা হেম্মা ফগৎপতা নত্তনা নোংমদা চৌঠি লিশিং মতা হেন্না ২ফম চানা থুংহনবদা কান্নবা কয়াম্ম ফংনরকখি।

পৃথিবীগী অহানবা লাঙ্জাও পোক্লকপা মতমদা পাইনবা মেচিন এরোপ্লেনচিংবা কয়া যোন্দুনা পাক-শন্না পুথোরকখি। মতমসিদগী লান্দা এরোপ্লেনশিংনা লাম্মীশিং অমদি চাম্ন-থক্লবা কয়া পুহুনা য়েক্লবদা লান্দাশিনবা থবক হৌরকাখ। প্লেনশিংনা য়েক্লবগী লৈফম কয়া মেপ লৌনবগী থবক্তুস্মু শিজিন্নরকখি। অহুগা নোংথক্তগী য়েক্লবগী মথক্তা লান্দাবগা লোয়ননা খুংকন পাঙ্গনবগী মতাংদা মপাঙ্গল ফরবা পোংথিত এরোপ্লেনশিংনি হায়না শিংখানরম্মই। অথাপ্পা মফম ট্রোপেদোদা লৈবা মীশিংদা লান্দাশিন্দুনা সবমেরিন কয়া, জহাজ কয়া থুগাইহুনা শক্তি পায়নবগী লমদা শিজিন্নরকখি। মমাংথক্তা শিজিন্নরম্বা, থম্নম্বা

অফবা বাখল পুম্বা ছন্দোক্তুনা মশাগী লমদম মাং-তাক্লকপদা শাওনিংবনা মথম ওইদুনা অপাইবা মেচিনশিংদা খুৎম্ভ খুৎলাই কয়া পানশিন্দুনা লান শোক্লবদা লময়ানবা ওইনা ব্রিটেন, ফ্রান্স, আমেরিকা, রুশয়ানচিংবা মফম কয়াদা নম্মা শিজিন্নরকখি।

শক ১৯১৮ দা আমেরিকাদা এয়ায় মেলগী থবক ভোরম্বা ডি: এইচ ৪ বাইপ্লেন্দু বোম পুবা অমদি বোম কাপনবা ওইনা ব্রিটেনা ডিজাইন ভোরগ আমেরিকাদা শাখি। মসিনা নো জুখা,



ডি: এ`চ ৪ কৌবা মেল অমম্বং বোম পুবদা শিজিন্নবা, ফজ্ববা নোং নুংশিং অঙ্গং অশাবু কিনিংডা৷ ৈ-ডবা এয়ারক্র্যাফট।

নিংথমখা, ফাওবা মুংশিং-মুংশাদা কবিম্ন অকায় অভোয় থাওদনা পাইবা ঙম্লমই। পাইলোটকী ফমফম (কোকপিট) হাংদোকই। অংনবা ডঙ অমম্মুং ফোত্রিক।শুংনা কজনা শাগংপা এরোপ্লেননি। মসিনা অহানবা পাইবদা পাইলোট ৪০ গী মনুংদা ৫০ দি ওম্বদা শাবরমই। অচুগ মথোয়না অমিং অমম্মুং মুংখিল অনিমক্তা লৈবাক লানথোক লানশিনগী মেংগী থবক তৌবহু মতম তম্লাই ওক্লা থমখি।

পোরটুগলগী জহাজগী কেপটেনশিং গাগো কোউটিনহো অমম্মুং সাকাডুরা ক ব্রালনা ১৯২২ দা য়াম্না কৈ শংবগা পোয়লনা



চারলস লিণ্ডবর্গহগী স্পিরিট ওফ সেন্ট লোউইস।

থা-থংবা এটলান্টিক লাম অতাওবা প্লেনশিংনা পাইবা ঊয়মই। অদুগা চারলেস লিণ্ডর্বগহগী মোনোপ্লেন স্পিরিট ওভ সেন্ট লোউইস তোংদুনা মিপা অমনা পুং ৩৩ ½ শেংদুনা নিউয়োর্কতগী পেরিইতা মে ২০-২১, ১৯২৭ তা পাইরমই। অসুম্না খোনা ফবগী অমসুং চংখোক চংশিনগী হৈশিংবনা হৈদোকৈদবসু ওংলোই থরম্না থবক কয়া পাংথোক্লকখি। অদুগা চাহিসিমক্তদা সার অলন কোভমনা



মথক্কী থুংযেক : সার চারলেস কিংসফোর্দ সমিথকী ফোকর মোনোপ্লেন 'সাউর্থন ক্রোস'।

মখাগী থুংয়েক : মাউন্ট ইভরেষ্টপু রিংগী মথাদা পায়না ভুমখিবা হাউসটন বেস্টলেণ্ডগী পিভি ৩।

অথম্নবা মওংদা সিংগাপুর ফ্লাইং বোটনা অক্রিওগী অকোয়বদা মাইল ২৩,০০০ পাইরমই। অমস্তং ১৯২৮ দা সার চারলেস কিংসফোর্দ সমিথ উলম অমস্তং মখোয়গী কিউ থরগা লোয়ননা পেসিফিক ওসিনগী মান ফ্রানসিসকোদগী ব্রিসবানদা মাইল ৬৮৫০-গী অরাপ্পগু অহানবা ওইনা মখোয়গী ফোক্কর মোনোপ্লেন 'সাউর্থন ক্রোস' কৌবগু লৌইদুনা পাইবা ঙম্মই।

অস্মুম্না মায়পাক্না পাইবা ওস্না কথামক্তম মশিং থাম্লকপদগী পৃথিবীগী লৈমায়শিং জয় তৌরে হায়না ফাওবা থম্লরকখি। অদুবু পৃথিবীগী লৈমায়দা লৈবা খুইদগী ৱাংবা চিংদোল 'মাউন্ট ইভরেষ্ট' পুম্নমক জয় তৌবা থক ঙম্বদি য়াওরকখিদে। অদুমক ওইদুনস্ত চাহ কযা চংনা চাংথেঙ কয়ামক্তম পাংখোইদুনা জয় তৌনবদি হোৎনরকখি। হোৎনবা লেপ্তবনা মাউন্ট ইভরেষ্টপু ১৯৩৩ গী এপ্রিল ৩ দা এরোপ্লেনগী রিংগী মথাদা থুম্না ঙম্নখি। চিংদোল অসিবু জয় তৌখিব নিপাদুদি হাউসটনগী রেষ্টরেণ্ড থাইদৈ-শিং খোৌবা অনিনি।

এরোপ্লেনশিং পুথোকপশিংনা এরোপ্লেন শাবদা খুদোংথিবা লৈবদগী মথক থাম্না পুথোরকপা ঙমদ্রে। মরমদি থবকসিদা লেল-খুমগী অরাংপা ওইবদগীনি। অদুনা লেল তাৎবগীদমক মখোয়গী মেচিনশিং য়োল্লদুনা এরোপ্লেন মথক থাম্না পুথোক্তবা হোৎনরমই। মখোয়গী প্লেনশিং পাইবদা লায়বা মরম্না কনাগুম্বনা লনাইগী ওইনা নত্রগা ফ্লাইং ক্লব সংস্থানশিংগী মীশিংনা মেচিন

কথা লৈনরম্মই। অশুম তৌদুনা পাইবগী থবক অসি পৃথিবী শিন থুংনা শন্দোরকখি।

অহানবদদি নিপাশিংতনা পাইবা ঙম্মদনি অদুবু মুপীন্ম থৌনা ফনা অকি-তুজুংবা য়াওদনা পাইবা ঙম্মবা য়াওরকখি। খুদম ওইনা হায়রবদা নহা ওইরিবী অনৌবা ত্রেনিং তৌরিবী মুপী মতোমতা মিংনা "এমাই জোহনসন" কৌবীদুনা ১৯৩০ দা ইংলেণ্ডদগী অস্ট্রেলিয়াদা পাইবা ঙমখি। অসিগুম্বা মুপীশিংসু মুপাশিংগী মতুং ইনবা ঙম্মরকখি।

এয়ার ক্রাফটনা থর চাওথংলকপদগী অকনবা থাদুনা শাবা এরোপ্লেন কয়ানা হেন্না ফগৎপা মওদা উংবা শাবা এরোপ্লেন কযাগী মচুং শিন্দুন ১৯ শুবা শতাব্দীগী অয়ুনবদা শীজিন্নবা হৌখ্রবনি। অয়াঙবা থাদুশিংনা অপাবা মওংদা শেমদুনা য়াঙবা প্লেনগী বোদিশিং চন্নদুনা মদুনা হেকশিনবগা লোয়ননা পাইবদা খুদাং-চাবা কয়া ফংলকখি। মতম থবগী তুংদা হিরমসিদা ত্রেনিং তৌবা মীশিং কযা যাওরক্লমই। অদুবু শেংকঙ শন্দোক্লনা, মরৈ য়েংনদুনা মেচিনশিংদু কৈ ফত্তে হায়বাসনা চরাংনরমই। মরম অসিনা মীমাংদা ইকায়বা, চোম্না কয়া নংদনবা হোৎন-রকপনা হেন্না ফবা মেচিনশিং পুথোরকপনা নিংথিনা চাওথংনবগী মরমসু ওইবকখি অমসুং চাওথংলকখি।

পাইবগী হিরম অসি বাইপ্লেন (বিং অনি পানবা) শাদুনা হৌদোকখিবনি। অদুবু ১৯০৮ দা ব্লেরিওৎ-১১ গী মোনোপ্লেন (বিং অমত্তা পানবা) প্লেনদগী মওং লৌরদুনা অযাম্বা প্লেনশিং

বাইপ্লেনগী মহুত্তা মোনোপ্লেনা মহুৎ শিন্নবকখি। ব্লেরিওৎকী মোৎ কয়া লৌরকুংই অনৌবা চাওখংলবা এয়ার লাইনশিংদা মোনোপ্লেন কয়ামরুম শাগদুনা থবক খুদোং-চাবা কয়াম্ব ফংন-রক্রমই। অতুগা অনৌবা এয়ারগী থবক্তম্ব পাইবা তৌদোকখিবা ১৯২৮দগী ফ্লাইং বোট (অপাইবা হি) মু পৃথিবীদা থোংদারক-খিবনি। ১৯৩৯ কয়াগী মাংদগী হৌনা কোম্পানি ২০না এয়া-ক্র্যাফট শাবদা শরুক য়ারকপদগী পুথোকখিবা অরম্বা ক্র্যাফট শিংদি অয়ুক্না মোনোপ্লেনশিংনি। মখোয়মুদি ফোক্কর প্লেনা নেদরলেণ্ডদা জু-করনা অরমম্ব অসিনচিংবনি। ফোক্কর অমম্বং জুনকরনা প্রয়াশিং অমদি মিশিটরিগী থবক্তা মপুং-ফানা ফঙনা শিজিন্নবদা খুদোং চাখি।

মতৌ অসুম্না রাসি ওইনা লিংবদগী ওবক গুইংই পাব খোক্লকপা অমদি পৃথিবীগী মীয় মাশ দা হেন্না কান্নবা ফংনবগা নত্তনা অনিশুবা পৃথিবীগী লাক্লাওদদি অকিবগী মশক ফংনা শক্তি লৈবা, ভৌবা ঙম্বা পোংরুম লৈনরমই। অনিশুবা লাক্লাও লোয়রবা মতুংদগীদি হে-শিংবা সাইন্টিস করান, অঙং অরুকপা মেচিন কয়ামরুম পুথোবক্তুং পৃথিবীদগী থাপ্না লৈরবা গ্রহ, উপগ্রহ কয়া অয় ভৌবা ঙম্বা মতাং য়োৎবকখি। অতুবু লাইরিকসিগী লৈনবা রাক্ষম শরগীদমক রাংমদা থমলে। লৈনববা খর'স পাইবগী ইতিহাসতা খরা মঙাশ পীরম্না হৌগ্রবা মীওই অমদি থৌদোক চাংয়েঙ খর খক্তনি।

শক তাকপা, এয়ারগী থবক্তা শিজিন্নবা থুদম থরা—

এয়ার ক্র্যাফট :— মসি এটমোসফিয়ারদা করিগুম্বা অমা তৌদুনা নুংশিংনা থকতোকপগী মতেংনা শাফু ওইনা লৌরগা পাইথংপা অমদি পাইবা ময়েচিনশিংবুনি। মসিদা বেলুনশিং, এরোপ্লেনশিং, য়াইদরশিং অমদি অতোপ্পা য়াই ময়েচিনশিং আসনচিংবনি।

এয়ার ক্রাফটতা মথন অনিগোন্না শায়দোকই :—

১। নুংশিত্তগী হেন্না লুম্বা :— মসি এরোডাইন হায়নসু থংনৈ। মাসদা মথন কয়াগী ফোর্স শিজিন্নদুনা পাইথংপা ময়োচনশিংনি। এরোপ্লেনশিং, য়াইদরশিং, গাইরোপ্লেনশিং, হেলিকোপ্টরশিং অমদি অতৈ কয়া চবনচিংবনি।

২। নুংশিত্তগী হেন্না যাউবা :— মসি এরোস্টেট হায়নসু থংনৈ। মসিদা অযাউবা নুংশিংশিং গ্যাসশিং শিজিন্নদুনা নুংশিত্তা তাউদুনা পাইবা ঙম্বা ময়েচিনশিংনি। —এয়ারশিপশিং, বেলুনশিং চিংবনি।

এরোপ্লেন :— মসিগী মনুংগী মচাক পুম্নমক মেকানিক্সগী ওইবা থুংসু-থুংলাইশিংনা, ইঞ্জিন পান্দুনা হিংশিংগী মতেংনা নুংশিংকী মায়কৈদা ডাইনামিক্স মওংদা থকতোকহন্দুনা পাইবা ময়েচিননি।

য়াইদর :— মসি এরোইদাইনগী মনুং চংব ইঞ্জিন য়াওদনা এরোপ্লেনগী মতৌঙুম্না চুম্নগী নুংশিংকী থকতেকপগী শাফু শিজিন্নরগা পাইথংপা অমাদ পাইবা ময়েচিননি।

ওরনিথোপটর :— মসিমু এরোইদাইনগী মেচিন অমনি। মসিনা শাবা অমমুং পাইখৎপগী মওংদি অখল্লা মশাশিংনা উচেক্কুম্না রিংশিং থপতুনা পাইখৎপনি।

হেলিকোপটর :— মসি এরোপ্লেনগী মওংদগী তোংজানবা এরোডাইন কাংলুপকী মমুং চনবা ইঞ্জিন পানবা মেচিননি। মসিদা অচৌবা অশাংবা শংখাশিংনা কন্না উংহনা খোদিঙ্ থাঙ্গৎতুনা পাইবা মেচিননি। মসিবু অমরোমদা চোপর হায়নসু খংনৈ।

মিটেওরোলোজি :— মসি ঈশিং নুংশিং অমদি অঙৈং-অশাগী বিজ্ঞাননি। মসিনা পাইবা মতমদা চংক্রবা য়াক্রবা নিয়ম কয়া খংননবাই ওইবা শিন্দোলশিংনা খংহন্নবা মতাংদা নৈনৈ। মসিনা পীবা নিযমশিং মথাদা তাক্লি—

সমুদ্রগী ঈমায়দগী মথক্তা লৈবা এটমোসফিয়ারগী লৈরোল—

৮০% ————— নাইট্রোজেন
১৯% ———— ওক্সিজেন
১% ————— আরগোন, নিওন অমদি অতৈ
অতোপ্পা গ্যাসশিং।

শিজিন্নবা শিন্বোল :—

— অথাক অরাওগী নুংশিৎ।

— নোং।

— লৈচিন।

— লেন।

— মৈখু।

— অযোৎপা নোংলৈ-নুংশিৎ।

— অথাব লৈচিন।

— নোং থিৎলি-থিৎলি চুবা।

— উন।

— ডাইথাক তাবা নোং।

এরোড্রোম :— মসি মেচিনশিংনা পাইথংকম নত্রগা লৈকম নত্রগা পাইক্রবা মতুংদা অমুক থু লকম শেম্না লৈমায়নি। লৈমায় অসি কংফালগী নত্রগা ঈশিংগী ঈমায়দা অকক্রবা মওংদা শেমজ্রনা থম্না মফম অমনি।

এরোড্রোমদা শিজিন্নবা খুদমশিং :—

১। নুংশিংকী মায়কৈ তাকপা।
২। অশংবা মজাল — নিংথিনা তাবা য়ারে।

৩। অঙাংব, মঙাল — লেপখো, খুদোং থিরি।

৪। অঙোবা মচুশিং — অমুক হন্না হৌবা অসিনচিংবা।

অসুম্না মখল কয়ামরুম নিংথম-নাইনা থায়দোক্লুনা পাইবদা খুদোং-থিবা থোক্লনবা মওংদা হন্তেং চাওনা লৌরি। নিয়ম-শিং অসি পাইবা হৌরকপগী অমসুং ঙম্নকপগী ইতিহাস ময়ামগী মমুংদা থরভমকনি। থরদং পল্লিবা কৈ-শিংলবা পাইলোট অমদি মশাগী পাইনবা মেচিনগী মওংদা পাঙথোকথিবা চাংয়েঙনা অক্রুংদা পাইবদা খুৎমাং চাওশিল্লক্লুনা ঙক্কুংঙাই ওইনা চাওখৎ-লক্লবগী মরম ওইখিবশিংদুনি।



## — তাঙ্কক অমগী অরোইবা —

কোংগ্রবা অমদি প্রেসতা লৈরিবা

অইবগী লাইরিকশিং:—

১। খোংকম অমা শোয়বদা ★

( লিটরেচর )

২। অভিয়াদা পাইবা ★

(সাইন্স ফিক্সন)

প্রেসতা লৈরিবা:—

৩। মমশিললক্লবা অভিয়া ★

(নোভেল)

কোংলক্লদবা লাইরিকশিং:—

৪। নোংইল ( নোভেল )

৫। মী-লাংগী চাকথা (ড্রামা)

* You can write letters
if you want any books
of Nightingale Publishers book series.

Y. M. Langmei
Langmeidong-795103